# শজীক-থবা

( শক্তম্মাংবা )

অইবা

শ্রীহাওবম তোম্বা সিংহ



মমল লুপা—৬·০০

অকোওবা—
শ্রীঅচোম ইবোরী সিংহ
লোগাইজম লৈরক,
ইম্ফাল।




অহানবা শায়োন ১৯৬৭ ইং
লাইরিক মশীং ১,০০০

ফংফম
দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল
অতুগা
অতৈ অতৈ লাইরিক য়োনফম তুকান পুন্নমক।



নম্ফম—দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস, ইম্ফাল।

# থাগচ্চবা

লাইরিক অসী ইং কুমজা ১৯৫৬ তা ইজর্নি । মসীবু উনম্ নমহুনা অহানবা শায়োন থোকহঞ্জবদা মণিপুর এডুকেশন ডিপার্টমেণ্টনা লুপা ৫০০'০০ তেংবাংবিরকই । মসীগীদমক ডিপার্টমেণ্ট অসীগী শিংবা ওম্নরোইদবা লম্মল তৌগ্গরে ।

নমদ্রিডৈদা লাইরিক অসীবু পাবিহুনা অশ্বোয় অঙাম পুন্নমক তাকপিবগীদমক শ্রীমান সোরেনশংবম নবকান্ত সিংহ অহুগা বনাম্ন চিংবা চুমথোকপিবগীদমক শ্রীমান হৈক্রুজম মঙ্গি সিংহ, বিঃএঃ বিঃ টিঃ বু থল্লায় হকচাং য়াওনা থাগচ্চরি ।

লাইরিক অসীবু শিন্দোকপিহুনা এডুকেশন্ ডিপার্টমেণ্টকী তেংবাং নিজবদা থাগচ্চবা ওমহনবিবগীদমক শ্রীরাজকুমার যাবোত বিহারী সিংহ, বিঃ এঃ, এলঃ এলঃ বিঃ, শ্রীরাজকুমার কোকিল সিংহ, বিঃ এঃ, শ্রীপাংঙম্বম গোপাল সিংহ, বিঃ এঃ অহুগা শ্রীগুরুময়ুম নীলকমল শর্ম্মা, সাহিত্য সুধাকরবু হন্না হন্না থাগচ্চরি ।

লাইরিক অসীবু দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেসতা নম্বিহুনা ফোঙ্দোকপিবগীদমক প্রেস অসীগী মেনেজর শ্রীযুক্ত খুমল্লম্বম রাসবিহারী সিংহগী তৌবিমল লম্মল তোঞ্জরে ।

অইবা

তাং ৮ । ১১ । ৫৭ ইং

---

# কচ্চরি

শজীক-থবা নোল্লুক্লা
ঐগী মামা ইবুংঙো
শ্রীচৌরজিৎ পালগী
থূয়া থম্বাল অনীদা ।

তাংলৌ নৈমা লাইরেম্মা
শমজি-য়াইবু ওইহ্নুনা
শজীক-থবাগুম্লবা
তৌবিমনগী লমন্দি
মহৈ-মঙাল তাদ্রবা
মমি শাম্লা থোক্লিবা

ইচীক হুনবী অহৌংগী
মশোঙ্ কানা ঙাল্লিবা
হিয়াই-তম্ফা কৎলফাও
মরীক্ অমা শিংঙন্নোই ।
মম্ন' থম্মোয় নোংদোন্দা
শজীক-থবা কৎপদি

মতীক চাবা নত্র'সু
থরায় মঙামকৃসীনা
শক্তম-মিতমৃজহ্নুনা
নখোঙ্ থূয়া তানবনি
চিংনদনা লৌবিয়ু ।

অইবা

# শক্তম্নাংবদা চঙ্বা মী

## নীপা মশীং

১। কাদাম্বা— — কংলৈবাক্কী নিংথৌ।

২। তরংলেন— — কাইরঙ নিংথৌগী মচা।

৩। পেত্তো— — তরংলেনগী মনাই।

৪। কৈরুঙবা— — কাইরঙগী অঙম্বা।

৫। কোন্দুম— — কৈরুঙ্বগী মনাই।

৬। থাগোই— — কংলৈবাক্কী পাখঙ অমা।

কোক্রোবা— — কাইরঙগী অহল অমা।

৮। লোমী থরা, কাদাম্বা অমদি কৈরুঙ্বগী মনাই থরা. লান্মী থরা।

## নুপী মশীং

১। শজ্ঞীক্লোয়— — কাদাম্বগী মমোম্লোন।

২। কোম্বীরৈ— — শজ্ঞীক্লোয়গী মনাই নুপী।

৩। থবা-মানবী— — কৈরুঙবগী মমোম্লোন।

৪। কবোক্লৈ— — থবা-মানবীগী মতা।

# শজীক-থবা

অহান্বা তাংকক্

১নবা উৎপা

## কাইরঙ্ লৈপাক

মফম—লমজাও

মতম—অঙ্গুক চাকচামাঙ্।

( কাইরঙ্ নিংথৌ কাকৃয়েন ওম্বা কংলৈ নিংথৌ কাদাম্বগী মখা পোম্না লৈঙাক্লিঙৈগী মতমনি )

লমজাও অসিগী অরাংথংবদা অচৌবা লৌবুক অমা লৈখি—লৌবুকসিগী নোংপোক্তা লম্বেল অমা লমজাও তন্না লাক্লি—লম্বেল অসিগী নোংপোক্তা লমজাওগী অরাংথংবা মতাইদগী মীতাবা হৌখ্রি—লমজাওসীগী মখাথংবদি মী কূংনা তারি— মাসিদগী পংথাপ থাপ্না খুনগী ঈশিং চানফম ওইরিবা পুখ্রী অচৌবা অমখক লৈ—অরাংগী লৌবুক্তা নীপা হুপী কয়ামুক্না লৌ য়েন-য়েনা ঈশৈ শরুক্পগী মখোল তারক্লি।

ঈশৈ

( হোই তোই লাক্লো, হো লাক্লো )

ইমা লৈমা ফৌওয়বী,

হাদা চাক্কু লন্গুবী !

নরৌ ফৈদোম্ ময়ায়দা
য়ৈন-ফক্কী খুদাদা !
ফৌনা ফিংগে থোল্লিবী,
ফৌগী চরোং চিল্লিবী,
লৌবুক লৌকোন লিংলিবী
তাইবং থরায় য়োক্লিবী!

ফৌবোন্ ফৌবি হাইজগে
চৈরোঙ্ চৈথা তম্জগে।
নতু নমান খিক্পিয়ু
নরোং চুম্না কেন্বিয়ু।

হুমাই নোংথাং কুপ্চগে
ফৌরাম্ ফৌজুম হুমজগে
শনা হৈরূা পেক্চগে
ইকোং চোন্না হৈজগে !

( ঈশৈ অসীনা লোইরকপগা লোইনা লোইননা থবা-মানবা, মতা কবোক্লেগা পুল অমমম্ পুহুনা ঈশিং শোকুপা থোরকই - থাগোইসু লমজাও অসিদা নোংচুপ পাংনা শগোল থৌরক্লি—অরাংগী খুনগী খুন্দোন য়ৌশিল্লক্লে—মতম অসিদা লোদুক্তা কোংপোক্তা লৈবা লম্বেন অসীদা "থংলু থংলু, ইরোই অঙাওবা" হায়না কন্না লাওদুনা মী অনী অহুন্না তান্নরকপগী মথোল তারি—ইরোইনা চেংহোয়রকপদা থংলবা শগোন্না থাগোইবু খুন্দোন লোম্লন্দাইদা থাদরল্লগা চেন্খ্রে—থাগোই লমজাও মপান্দা চরোং হাপ্তংমরক্তা তাদুনা লৈখ্রে—নুরা অনীনা উম্রে—চেনশীল্লক্কুনা থাগোইগী মকোক্তা ঈশিং য়ৈদুনা লাইকময়রে—থরগী তুংদা থাগোই

**(খোংগুন তারক্লকপা মমাংপাংথোক্লকপদা থবাগী মাংথেংগা মীচ্চানরে— ইকাইথীবী অনীমক মমায় লৈথোক্লক্লে—মখোঙ থাংবা হৌরক্লে)**

থাগোই— নৌর খোঙ্‌দোয় হুল্লবোই
ঙাইখোগবা ইরেম্মা।

থবা-মানবী— তাকপিদোবা তাকপিয়ু।

কবোক্লে— হিংদি হিংবিরিদনা?

থাগোই— শিরম্ন'দি হিংলম্নি,
হিংলক্লুনা শিজরে!

থবা-মানবী— শিরগদ্রা রারম্মী
হিংলক্লগা নুংচাক্লে।

থাগোই— নূরায় মায়থোঙ্ উদ্রিঙৈ
শিজরম্বা থোক্ল'দি
হিংজরম্‌গদোবনি
মথোক কাখৎলকপগী
নুংঙন মৈচাকসাদগী।

কবোক্লে— হিংলক্লগা কমদোবা?

থাগোই— হিংলক্লগা ইবেম্মা,
হন্না য়েংবিদবনা
ইকাই নুংশি মৈচাক্লা
শিহৌরেনে পাখঙ্‌দি।
নূরাশিংগী লাচৎপু
অসারনে ইবেম্মা?

থবা-মানবী— পাখঙ্ নঙ্‌গী শাজত্তি

অতুম ওইবা হৌনবোই,
শিখিগত্রা হায়ত্রনা
নিংদোন চেঙ্গুম-চেঙ্গানা
কয়া রানা হোংনজে ।

কবোক্লৈ— হিংলক্লবা মতমদা
য়েংবিনীংনা য়েংবিদে ।

থবা-মানবী— অতুগীসু মথক্তা
রাহৌজবা ঙমদ্রবী
ইকাইথীবী নুজাবু
পূকমেন-পাওমেনবিদনা
ইকাইনবা লংনবি !

কবোক্লৈ— নুজানদি নুংচাক্লৈ ।

থাগোই— ইচঙ্ থৌবা মশিঙ্গাং
নীপা ওইনা পোক্'সু
ইহান হানবা পুন্সিগী
নুংঙল্ য়াঙল্ ওইবনা
রাহৌজবা ঙম্মোদ্রে ।

কবোক্লৈ— নীপা মান্দে লাইমসু,
মীচাউনিদি হায়রগা ।

থাগোই— থনুং মীংকপ্ তাল্লম্বা
অপাম্বনা মীংকপ্-থোক্
তেম্বাঙলবা ঐহাক্কী
অশোনবসী ঙাকপিয়ু ।

থবা-মানবী— থম্মোয় থোনূবা শক্তম্লু

ইরাম্নংনি মাত্থুদি।

কবোক্লৈ— হকচাংত্থুবু চৈনাখোন্

অশোক্ অপন্ লৈতব্রা ?

থাগোই— লাঙ্গোইদগী তাবগী

চৈনাখোন্দি লৈজত্রে।

অত্থুম অত্থুম ওইনমক্—

থবা-মানবী— হায়দোকপিয়ু কৈদৌগে।

থাগোই— শক্কী লাংদা তাবগী

চৈনাখোন্দি কনখ্রেদা!

কবোক্লৈ— কয়াই মতীক কন্দনা ?

থাগোই— থম্মোয় শোক্না তেম্বাঙ্জৈ

মীত্তা পন্না শক্তম্দো!

উনা অমুক হুংওঙ্গে,

উজদবা মতমদা

করি করম্ থোক্কবা!

থৌদাংবিনি নুরাম্লু।

কবোক্লৈ— মীৎমাঙ্দনা মিতম্বা

ইতুংদনা মী হুনবা, (মীরাম্বা)

মীওৎপদি ওইবিত্থু!

থবা-মানবী— লৈচূ-লৈতাজরবী

নুরা ঐগী পূকচেন্নি।
তাঙ্জ ক্লিনগী মরেক্সম
লৈয়েং অনী ফাংজরোই।

থাগোই— নুরা নঙগী কাদদি
চীংগুম্ মফম্ লেঙ্দ্রবা,
উগুম্ মরা তারবা,
মৈগুম্ লুক্কাইদরবা
পাখঙ্ ঐগী পূকচেন্নি।

কবোক্লৈ- ঙাঙ্নৌ ঙাঙ্নৌ তুক তাগে।

থাগোই- নূরায় কোলেয় মিংলেন্বু।

থবা-মানবী থবা-মানবী কৌজেদো!
বাইরঙ্ কাপ্পয়েন উন্নগী
কৈরঙ্বগী সমোম্নি।
নূরা ইদোম ফুইজেদো।

থাগোই— পাখঙ ঐগী কোলোয়দি
খাবা থাগোই কৌজেদো।
বংনৈ-বাক্তা পোকপনি।
ইপী নুপা য়াওদনা
পাখঙ্ ইদোম মপাঞ্জে!

থবা মানবী— লৈবাক্কী মরো চচ্চরে।

থাগোই— লেঙ্বিসি ইবেম্মা!

থবা-মানবী— য়েংজনাংবা মীৎসিদা।

উজ্জনীংবা শক্তমদো
কুইনা কাংহনবিক্লকো !

( চিংনা য়েংলম্লগা মখোঙ থাংবা হৌখ্রে )

থাগোই— নৌনা লৈমি তম্লিবা,
অপাম-লৈদি ক্ষুংশি-রৈ,
পাম্মু পাম্মু চিন্নরৈ
অপাম্ফমদা থানবা
লৈখোঙ্ শঙ্বা হৌজরে।

কবোক্লে— ঐগী মিংনা কবোক্লে,
কনাই ককা হায়দোক্কে।

( তুংলোমদা মীচিনা চেজেপ চেক্লেপ য়েংজহুনা মোমোন্ নোক্লা থবা-মানবী চচ্চরি—থাগোইস্থ থবাগী চংপদা ঈপোম কায়বী শাজং চাদোমখৈ য়েংজরি—মতম অসিদা লৌবুক্কী লৌমী অমনা কন্না লাওরক্লি )

১নবা লৌমী— হায়-হায় কনায় লাঙ্গোইনোনেহে !
ফোবোন্ মখৈ নেত্তুনা
শল্লাক্ শাহল্লেনেহে !

( থাগোই তাদে অজ্রম য়েংলি )

ইহে ইহে ! লোইরেদো !
হাই, মীথীবোঙ্ কনাগী
লাঙ্গোইনোনে অসীবো !

২শুবা লৌমী— আতো, আদা লেপ্পিবা,
নীপাসিগী ওইরিনি !

১নবা লৌমী— তন্বা নঙ্বু তাব্রহে !

( থাগোই তাদে )

অচ্চা ! কয়াদনোসে,
লৈরম্মুদো থঙ্ গনি !

( চৈম্নোঙ পাম্নদুনা চেল্লক্লি—থবামানবা লেখোক্ না থাগোইবু চিংনা ম্নেংলম্নগা চংখ্রে—উরিবমখৈ ম্নেংজরম্বা থাগোই থবাবু উত্রবদা হেক লৈথোম্নকপা মক্তদা ১নবা লোমী খুংলম্নে )

১নবা লোমী— হায় পাখঙ্ নাপঙ্ বা,
ননা নাখুল হূত্রহে ?
থাগোই— করি ! পম্বৌ কৈদৌবা ?
১নবা লোমী— কৈদৌব-কা হায়তুনা
য়াইবি মাঙ্ নিংবরহে !
থাগোই— ইয়া, অহল পেংচোইবা !
'সীনি 'তুনি হায়দনা
মীবু ইরাক লাকথুবা,
নরৈ তম্বু থৎলুরা !
করম্বগী অহল্লো
নাত্রং ওইনা তৌবদনা !
১নবা লোমী— ইয়া মতোযনবহে !
নঙ্ গী শাদোঙ্ লাঙ্গোইনা
ফোবোন্ ময়াম নেত্তুনা
মাঙহল্লিবা ময়ামসে
নমীৎ অদু উত্রহে ?
থাগোই— রাগী রাগী মহায়যু,
শিংফম থোক্ল' শিংগনি ।

নত্রস্তুনা অতুদি
চাথোক্লগে মতাগুম
অরাক্তম্মা ঙাঙ্বদি
ঐহাকসীবু নহাক্কী
শাফা-শানি খনত্রহে !

১নবা লৌমী— শিংঙ্, নত্রবদি নঙ্
মতা কয়া চারোইকো !
থাগোই— শিংঙোই, করি তৌগগে !
মখোঙ্মরি পানুবনা
অফ ফত্তা খঙ্বরা ?
শাবুক্ ঙাবুক হৌতুনা
শানা কোইচেন চেনববু
ঐহাক্করা অতুবো !
১নবা লৌমী— শিংদবদি ঙমগদ্রা !
থাগোই— লৌজবদি ঙম্গদ্রা !
১নবা লৌমী— কনবা তারে অতুদি
চৈরোঙ্ 'সীনা নকোক্তা !

(হায়ত্তুনা থাগোইগী মকোক তম্না চৈরোঙ কহরকই—থাগোইনা অশা থরা নৈখোক্লগা মথুৎ অনীনা চৈরোঙ ফাই—খংচিং চিংত্তুনা চৈরোঙ মুক্লী )

থাগোই— চৎলু, খোঙ্দোয়্ হুঞ্জখ্রো ।
ইপাগুম্বা নহাক্কি
নঙ্বু কনবিরবনি ।

( মতৌ অসী উবদা লৌবুক্তগী লৌমী ময়ামা )

লৌমী ময়াম— হাৎলো হাৎলো, লোইশিল্লো !

( হায়রগা নাটির-নাউরকুনা চৈরোঙগা কৌঈনথোকা পায়কুনা চেন্শিন্নরকই )

থাগোই— লাও লাও, তুক চঙ্লকউ লাও !

কংলৈ মচা থাগোইনা

কাইরঙ্ লোইগী মমাঙ্দা

শমায় ওন্না খক চেল্লে'ই ।

( কংলৈ নিংথৌ কাদাম্বা অসুক্কী মতীক কিনরম্মী থাগোইনা কংলৈ-মচানিন্না হায়বদা লৌমী পুন্নমক )

লৌমীশিং— কংলৈ-চানি হায়নেহে !

খরা অমনা— কংলৈ-মচা ওইরেকো !

( হায়দুনা চপ-চপ লেপ্পরম্মী )

থাগোই— কাইরঙ্মচা বৈদৌরে ?

চঙশিল্লবউ থেংনসি,

ঙম্লে ঐবু হাত্তোকো,

ঐনা ঙম্বা থোক্লগা

লোইশিল্লমগে লোইনমক্ ।

( কনামতা চঙলক্লে—কনামত্তা খুংক্লে—লোইনমক মক লুক্না লৈনরি—নাক্তোয়নমা চেল্লকপা লৌমী শাখঙ অমদি চয়োৎ হাপুং মরুমদা লুমদুনা অসুম লাকপনা থাগোইগী মতুং য়োশিল্লক্লে—কনা উহৌত্রিডৈ লোম্না চেন্শিনকুনা কৌঈনথোক্না থাগোইগী মকোক্তা কন্না ফুদবক্লে—থাগোই মকোক কায়দুনা তুথখ্রে—অমুক হন্না থাগে তৌরবদা ১নবা লৌমীনা থাম্মি—ময়ামা থাগোইবু পুল্লি )

---

২শুবা উৎপা

# কংলৈ কোন্নুং

**মফম**—লৈকোন্

**মতম**—নুমিদাংবাই

**[ মচা ইবেম্মা শজীক্লোয় মমাঙ্‌দা লৈ ময়াম অমা থম্লগা নাচোমঃ খেন্নি—মনাইমুপী কোম্বীরেনা মবেম্মবু থাক্তনা ঈশৈ শক্লি ]**

**ঈশৈ**

কাইহৌরুদে কনাবু
মতোম্ মতোম্ কণ্ডাওনৈ,
উজবদা মায়থোঙ-থা
অপাম মরাঙ্ হৌরবী।

মীচ্চিনিদা মীচিংবী,
মীনোক্লদি মীলোকপী ;
ব্লায় ব্লায় তাবী শম্লাংনা
মীবু শ্বায়-শ্বায় লাউহনবী।

থারৈবাক্কী ঈপাক্তা
ইপোম্লদি মরাঙ্ হৌ,
ঈথক্লদি নীক-নীক লাও,
তাইবং মালং কাউহনবী।

তুংগী তবোপ্-তোংদোংবী,
নোইনা চৎল' নোম্নোম্বী
তাঙ্বোম ঈপোম হোবদি
শুঙ্কৎ-য়াইনি, মীশুম্বী ।

শজীক্লোয়— হায়, চীনৃগনৃবী চীল্লৈহৎ,
করম্বগী মচীম্নো,
ওম্বোক্লসু থীদকো !

কোম্বীরৈ— অওই'নিনে ইবেম্মা,
ইবেম্মামুক ফজবী,
অপাম-মরাঙ হোবীবু
কনা লৈরমগবনো !

শজীক্লোয়— হোয়নে, ফজরিনিনে—
হেন্তাক ঙাদা য়াওরকপা
ঙাশেপ্-কংশি-চিবান্দো,
নম্কক্ মাঙ্গবদনা !

কোম্বীরৈ— তোতো, ফজ'ত্রবদো !

শজীক্লোয়— ফজৈ ফজৈ শক্তাদো —
মকোক্নুনা ফোপ্-চাউনা
মচাড়ুনা ইফন-ফনৃ
মশাড়ুদি ইচপ্-চপ্
হা চিবান্দো, ফজৈদা !

( অনীমক নোক্মিন্নৈ )

কোম্বীরৈ— শক্ত নত্তে, রাঙাঙ্সু

মীনা ঐবু ফজেদা,
নীংথিজেদা হায়রগা
ফজদদি খুম্‌গত্রা !

শজীক্লোয়— নঙগী নচীন্ অসীদি
লাইমা থোকই ইবেম-শা !

কোম্বীরৈ— তাইবং পানগী নীংথিবা,
ফজ'মখৈ খোম্লগা
শুম্মৎ-য়াইবু য়ান্দুনা
নোংদম্বনা শেম্লকপা
ঐগী ইবেম্মনিনে।

শজীক্লোয়— হায়হৈদেনে চীন্‌গন্‌বী,
নঙ্‌বু করম তৌসিগে।

(হায়তুনা শেম্লিব মাচোম্বু থাঙ্গত্তুনা
য়েংলগা মোমোন্ নোক্‌খিবা ওবদা)

কোম্বীরৈ— মাইদা ঐদি খোইরাঙভী,
খোয়জেঙ্‌-নুংজেং-নুংনাঙভী !

শজীক্লোয়— কৈদৌরগে নহাকপো ?

কোম্বীরৈ— অতুগুম্বা মীনোক্লা
ফুদোংলবা মায়থোঙ্‌বু
উরবদা কনানো
পাখৎতনা লৈদোবা ?
খোয়রাঙ্‌বদি ইবেম্মা—

শজীক্লোয়— হায়য়ু তাসি করিনো ?

কোম্বীরৈ— অসুক নীংথি-ফজবী,
ঐগী 'বেম্মা শজীক্লোয়,
হোদ্রোঙ্-হোরি-নাম্মদি।
( শজীক্লোয় থীক্-থীক্লোরগা।

শজীক্লোয়— মীদিনেদো অপঙ্বী,
পোৎপা থিরিঙৈদনা
অফ-ফৎত চোয়-চাংতম্
শীংথা-নবা হেনবনি।
পোৎপু লাকখ্রবদিনে
ময়ায় চম্রে খঙঙ্নে।
কোম্বীরৈ— তম্ফা য়াইদি ইবেম্মা,
ফদিনবু য়োম্ন'সু
ফরা-নবু কির'সু
ময়েক-মঙাল মাঙ্দেদা !
পোৎপু লাবে হায়রগা
মীয়ান নাঙ্দা হোইবদা
কম্লক কনজাওনহনা
মীনা ভাস শোন্নবা
পানভেদকা ননাইনা।
শজীক্লোয়— মাত কারিসু ঙমজরোই,
পাম্জদবা অনগা
পোৎপা লেংবা ওইহনা
পোকঙমদবা মাপোকসে

নীংবা কায়না লেঙরোই।

কোম্বীরৈ— অহুবুমে হবেম্মা,
মাগী লেশক-লৈনম্মা
মীগী থম্মোয় ওম্লবী
লৈনা লৈশাং তমহ্না
ফুগাইনবু শাংল'সু
খোইমু হন্‌বিদ্রবদি
ফজংগী চাংদম্‌দা
কনানসু মহাকপু
য়েনা শীথানবিদে।

শজীক্লোয়— হোয়নে 'বেম্মা খঙ্-হৈবী,
খঙ্‌গনসু খঙ্‌বিদা!

কোম্বীরৈ— অওই'নিনে হবেম্মা,
মচল হায়বা লৈরিনে,
মচল চানা চন্দ্র'দি
চয়দেনে ভাইবংদা।
লরাই মহীমক্তনা
নীব্-নীক ঈরীনরবা
ওইরম্‌, ঈপাকসু
ঈপাল্লাংনা থংগোংনা
ইরাঙ্ হৌরদ্রবদা
ঈপাক্তুবু কনানা
য়োনা ফজে হায়বিনি।

তম্ভপ -ভরেং ঙাম্লিবা
থক্কী হীওই-য়াইওইবা
থৌরাম্নিচাক মখেনা
নোংদোল ফুন্না ঙাঞ্জন্নু
লোইদাম থাজ থোক্ত্রবা
অহীংহুনা কৈদনো
ফজ-লেম্জদোববো !

শজীক্লোয়— খঙ্লে খঙ্লে খদাঙ্কন্,
হৈমন্-শিংমন্ পশিঙ্থোক্ ।

কোম্বীরৈ— সনা মীৎয়েং লাক্তুনা
য়েংবিয়ুনে তৌরি'সে—
ফৈরা 'মদা চেক্লানা
অনী খাত্রাং তোংমিন্ন
নুংশি নুংশি য়েংনজা
চীল্লোক চীন্দিন্নরিসে ।
অনীসিগী পুন্সসে
কল্লক্ত্রনে ইবেম্মা ?

শজীক্লোয়— লৈজগোরো চোচ্রোবী,
চচ্চগ্রগে ঐমক্তা !

(নাচোম ককা হুন্দোক্লগ্নহুনা শ্রুং হাইদোক্তুনা চৎথি—মবেন্মদা কিনা য়েংলম্লগা কোখী লৈ-শু থুঞ্জিঞ্জবি—কাদাম্বা নিংথৌ মনাই অমনা থৌগন ভোহুনা লাকই)

কাদাম্বা— ইপায় ইমোম কোম্বীরৈ

1223/mani



কোম্বীরৈ— ইপা নিংথৌ য়াইফবা। (খুরুম্বী)

কাদাম্বা— নবেম্মদি কৈদা লৈ ?

কোম্বীরৈ— লেংথোকখি'দা মঙায়রি।

কাদাম্বা— নবেম্মগী মপুক্লীং
খরা খজিক ওল্লব্রা ?

কোম্বীরৈ— হাওমু-হাওমু মওইরি!

কাদাম্বা— লুখরেদা করম্নো!
ঐনা ইপাল ফরিঙৈ
ইমোম মদোম ফুইবীবু
থাজ য়োঞ্জনীংবনি।
ইমোম্ মাগী পূকচেল্লা
ইহোঙ্ মহোঙ্ দ্রবদি
নম্জা-হাজনহুনা
পামজদবা মকাদা
মাবু করম থাজনি।

কোম্বীরৈ— অমা ঙাঙিঙ নাচুংদে,
অমা তাকই খোয়জঙদে,
ননাই কোম্বী মম্মীদা!

কাদাম্বা— হন্দক মরক অসীদি
হায়জরবা লাকপনা
চৗৎল-রায়না চনখিদ্রে।
অপাম্বস্থ ময়াওই,
করম তৌনা অহুবু

ঐনা পাম্মি চায়ত্নবা
মাগী পুৎচেল খঙ্দনা
কোক্-হেক থাজখোকসিগে ?

কোম্বীরৈ— ইবেম্মগী মতৌসে
ওস্থোরক্ত মরুপ্রে ।
সনা য়াথং তুংইন্না
হংগচ্চবা অপুম্বা
লোইনা ফ্রুঙ ফ্রুঙ্ কম্বোকই ।

কাদাম্বা— ঙাইখোনেহে নহাকপো,
ঐগী ইমোম অসীবু
য়ুম্বাল-রাখল হায়বদো
সুক-লৈ মরৈত্রব্রনে ?

কোম্বীরৈ— লৈত্রবরা মরৈদো
লৈরোদনা মরৈত্তে ।
ননাই কোম্বী চমম্নৈ ।

কাদাম্বা— হায়য়ু'তুদি ইপাদা
মানা মপূক্ ভাজবা
কনাগুম্বা ককাদি—

কোম্বীরৈ— হৌজিমক্তি ননাইনা—
মনম্ ফাওবা ফংজদ্রি ।

কাদাম্বা— ইপায় ইমোম কোম্বীরৈ,
নবেম্মবু থেম্লগা
পুক্ওল-লৌওনহন্দুনা

ঐনা নীংবা' সীদদি
থুংহল্লুবা কৈদৌগে !
কোম্বীরৈ—সনা য়াথং তুংইন্না
হোৎনজনি ননাইনা ।
কাদাম্বা— মনীং তমজ্রৌ হায়ত্নুনা
ঐনা হায়খি মঙোন্দা ।
ইয়াথংবু ঙাক্তুনা
ঐনা মাবু থাজনি
মানা পাম্বা মীশক্তা ।
য়ুম্বাল্লোন্দৈ তাম্নবা
মাগী য়াথল 'সিদদি
থাদোকহল্লু নহাক্না ।
কোম্বীরৈ— মপূয় সনা পুক্নীংদো
খোয়রাঙ্ খোয়শাউবিখিনু ।
হায়ররিবা পুম্ববু
ইবেম্মানা খত্তোকপা
তম্নরক্তবননি ।
তম্নরকপা অমদি
লৈরমখিনি শোয়দনা !
কাদাম্বা— মাত্ ওইবা ওইসন্নু ।
চৎলো চৎলো চচ্চরো !
( কোম্বী চৎখি—নিংথৌসু চৎলগে হায়ত্নুনা মমায়
হেক লৈথোক্লকপদা ১নবা লৌমী লাকই )

১নবা লৌমী— কংলৈ পুংগী পুমারেল,
হুইয়েল লানপী ভম্বা-ও,
ননাইগী-নাই ননাইনা
য়াদা হুপ্লাং চীক্তুনা
ঙক্তা চরৈ থোংহুনা
সনা খুয়া থাহুদা
নোঙ্গরিয়ে ইনিংথৌ। (খুলুম্বী)

কাদাম্বা— তনূবা নঙ্‌বু কনানো
করি খুঙ্গাদগীনো ?

১নবা লৌমী— ননাই ঐদি লৌমীনি,
নরোয় কাইরঙ্‌ মচানি।

কাদাম্বা— হায়য়ু তাসি হায়নীংবা !

১নবা লৌমী— সনা য়াথং তুংইন্না
নরোয় মচা অমতং
কচ্চনবা লাকচরি !

কাদাম্বা— ঐগী করি য়াথংনো ?

১নবা লৌমী— নয়াথংদি অসীনি
য়োল্লবদা ঙাকপিয়ু—
'ঐগী কংলৈ মচানা
লম্মেন-তুহেল্লহুনা
কায়না চৎলরবদি
মাবু ফারে হায়রগা
ঐগী খুত্তা পীরো লাও।

মতীক চাবা চৈরাক পী
ঐনা মাবু য়ায়ক্নি ।"
কাদাম্বা— চুম্মি, ঐগী য়াথংনি ।
১নবা লৌমী— নয়াথংসী ঙাক্তুনা
লস্কোল্লবা অমতং
ক্বাক্সরক্লি লায়িংথৌ ।
কাদাম্বা— কদায়, য়েংসি পুরকউ ।
(১নবা লৌমীনা ঈহন পী—ময়ায়া মথুং তুংবুন্নরবা
থাগোইবু পুশিন্নকই—পুন্নিবা থোকই— পুন্নমক থুরুপ্পি )
১নবা লৌমী— সনা মীংয়েং তাবিসি
ননাইসীনি লায়িংথৌ !
কাদাম্বা— হায়য়ু, তাসি থৌদোক্তু ।
১নবা লৌমী— ননাইসীগী লাঙ্গোইনা
লৌয়্নেফম্‌দা পৈরিবা
ফৌবোন্ মথৈ, ইনিংথৌ,
চনেৎ শানা নেত্তুনা
শল্লাক শানা মাঙহল্লে ।
কাদাম্বা— হায়য়ু পাখঙ্ চুম্বরা ?
থাগোই— অচুম্বনি ইনিংথৌ !
১নবা লৌমী— মীথোল তাবা য়াদ্রবা
ঙাও-থক্লবা লাঙ্গোইনি ।
লাওর-লাওর থক্‌চেন-চেন্
তাল্ল তাল্ল ঙাও-চৈন্নে ।

রাংলেন খরা মহাক্না
নেংখায়-নৈখায়রম্বনা
ফৌপান্দা ফৌ পানুখিজ্রে
নৈদা লোইনা কেনুখরে।

কাদাম্বা— মাতুই মতুং তাবদি ?

১নবা লৌমী— মপু কনা নৈবগে,
ফাজিল্লো-লাও হায়তুনা
কোইরাও লাওজৈ ননাইনা।
মপুওইবা অসীনা
নাতা শেন্দ্রানতুনা
অয়েঙ্‌নবা অমদা
য়েংথোক্তুনা নৈথোকই।

কাদাম্বা— হায়রিবসে চুম্বরা ?

থাগোই— লোইনা চুম্লি ইনিংথৌ।
অপু-নবা অমদা
অয়েঙ্‌ননা য়েংলিঙৈ
লাউবা থোংবা পুম্নমক
তাজহৌদ্রে ননাইনা।

কাদাম্বা— হায়য়ু মথা তাবদি ?

১নবা লৌমী— শাউনিংবগী ময়ায়না
মনাক তান্না চেনুশিঞ্জে।
মাঙ্‌হল্লিবা পুম্নমক্
শিঙঙ্ হায়না মহায়জে।

রাক্ষম অসী তাবদা
মানা চোংশিল্লক্তুনা
ননাই ঐঙ্গী খূত্তগী
চৈরোঙ্ মুল্লে হায়ল্লগা
হাৎকে তৌই ননাইবু।
থাগোই— করি ইপল, কৈদোবা!
অহল্ ওইশিল্লক্তুনা
তুংনা তেন্শিল্লক্ল-ফাও
খোম্লুম্মক্কা পাংখক্পা
নিংথৌ সনা মাঙ্দবু
নৎত-ওইদ ঙাঙ্লিব্রা?
কাদাম্বা— তুমিন লৈখো পাখঙ-মঙ্? (লৌমীদা)
হায়য়ু মথা তাবদি —
১নবা লৌমী— অতুদগী ননাইনা
হাৎকদোরে হায়তুনা
কোয়চেন্-চেন্না খাঙ লিংঙৈ
মীয়াম হোচ্চিল্লক্তুনা
মাবু ফারে হায়রগা
কচ্চররিবসীনি!
থাগোই— কয়াই মতীক লৌনম্বা
নম্থাক তৌবা অহল্লো?
অসুক অহল ওইর' ফাও
লৌনম নম্থাক তৌরিনে!

কাদাম্বা— ঙাইখো, হায়য়ু নঙ্গীতুম !
থাগোই— মীৎনা শং-শং উবা লাই,
নিংথৌরেনবু মাঙ্দা থম্
হায়জরিবা অসীনি—
ননাই লৌমী অসীনা
কারাম-কামজাও রাহৈনা
মাঙ্খি তাখি পূন্নমক
শিংঙু অতু নত্র’দি
মতা চারোই হায়না-হায় ।
কাদাম্বা— মাতুয় মথা তাবদি ?
থাগোই— মাগী তাহৈদরবা
রাঙাঙ্-রাশা তাবদা
শাওখিবনা ননাইসু
“শিংঙোই অতু হায়র’দি”
হায়জরুরে চাউথোক্না ।
রাসী তাবা মক্তদা
মাগী খুত্তা পায়রিবা
ফৌয়ৈ-চৈরোঙ অতুনা
শাফু কন্না ননাইগী
ফুথরকই ইকোক্তা !
চৈরোঙ্ অতু ওক্তনা
মথুত্তগী মুঞ্জরে ।
ইপাগুম্মি থন্দুনা

চৈ-হল্লুবা তৌদনা
চৎলো হায়না থাদোকচৈ !

কাদাম্বা— মীগী ফৌবোন্ময়ক্তা
নঙ্গী লাঙ্গোই অহুদি
কৈদৌনবা থাজিল্লুই ?

থাগোই— থাজিঞ্জবা নচ্চদ্ ।
ননাই ঐগী লাঙ্গোইদো
অথাক শানি, অরাক্-শা ।
খুদ্রেপ্ থৌরম্বদগী
খোঙয়াঙ্ য়েংগে হায়হুনা
শাজৈ নম্থা থাহুনা
কন্না থৌগৎলিদৈঙদা
লৈরক'মদৈ ঙাওরবা
ইরোই অমা চেল্লকই ।
ইরোই অহু উবদা
খংলহুনা লাঙ্গোইনা
হুম্বরম্লে ননাইবু ।
মীরোল মীরী তাদনা
ননাই ঐনা লৈরিঙৈ
ওইরম্বা তাই লাঙ্গোইনা
লৌবুক তন্না চেন্খিবা ।

কাদাম্বা— খঙলে তোক্লো মাহুমা !

নঙ্বু ময়াম চঙ্হুনা
ফারক্লিবা অসীদি ?

খাগোই— অহনসীদা ননাইনা
'চৎলো খোঙ্দমৃজথরো
নঙ্বু কনবিরবনি ।'
হায়জরিঙৈ মতমদা
লৌবুক্তগী মীয়াম্না
হাৎলো হাৎলো হায়হুনা
হোচ্চিল্লকই ননাইদা ।
ননাই ঐসু লায়িংথৌ
থেংনরগে হায়হুনা
মায়রোঙ্ য়ানা মরেপ্চৈ ।
পাঙদ্-অয়ম্নবনা
কাইরঙ্ কনা অমত্তা
চঙ্শিল্লক্তে ইমাঙ্দা ।

কাদাম্বা— করম তৌনা অত্থাদ
নঙবু ফারক্লিবনো ?

খাগোই— হুরাল-শাজৎ চৎলবা
লৌমী মচা অমনা
তুংদা লোম্না লাক্ত্না
চৈনা ইকোক থুগাইরে ।
তুরিঙৈদা ননাইনা
ফাখিবনি ময়াম্না ।

১নবা লৌমী— নত্তে নত্তে লায়িংথৌ,
কাইরঙ্ কনা 'মতনা
মাগী মকোক্ থুগাইদে।
লাঙ্গোইদগী তাবদা
কায়জখিবা মকোক্কি।

লৌমী ময়াম— মানি মানি লায়িংথৌ,
লাঙ্গোইদগী তাবদা
কায়জখিবা মকোক্কি।

কাদাম্বা - তুমিন লৈয়্, ঙাঙ্ ফদে, (খাম্বী
লোইনা খঙ্লে ঐ হৌজিক্।
মীগী মচা মশূগা
খৎনরগা ইচাগা
ইচায় মীচঙ্ চঙ্বদি
কাদাম্বানা খক তৌরোই।
মতু চোম্বা শানবু
অফ-ফৎত খঙ্বরা।
খঙ্দে, চুম্মি মসীসু।
অত্নদি ওইরগা
চুইনা ঙাওরে চুইপু থি
শন্না ঙাওরে শম্বু থি।
পাখঙ্ নঙ্গী লাঙ্গোইনা
মাঙ্হল্লুরবনিনা

মাঙ্খি-তাখি পুন্নমক্
শিংফম থোক্লে নহাক্না।
১বা লৌমী— য়োংলৈ মেলৈ খায়দনা
রায়েল চুম্না য়েনবিরে
মুংঙাইজরে ইনিংথৌ।
কাদাম্বা— তাখো, চৈরক্খংখিন্নু !
রাগী রাপা লাক্পদা
পাখঙ্সীগী মকোক্তি
কাইরঙ্ খুঞ্জা নখোয়না
থুগাইবনি ভশে লে। (লৌমীশিং চুকথনৈ
লাঙ্গোইদগী তাবদা
মকোক কায়বম্লবদি
লাঙ্গোই মপূ থিজ্জনা
নঙ্না কৌবা মতমদা
লেপ্তুনা মা লৈরম্লোই।
চৈনাখোনগী চৈথেঙ্না
ফ্রুং ফ্রুং ওন্না লৈরম্মি।
থাগোই— অসীমক্না ওইরেকো
রায়েল্লিবা নিংথৌবু
খোয়ুম লাইনি হায়নবা !
কাদাম্বা— অচুম অরাল য়াংল্লিবা
নিংথৌ ঐগী ইফমদা
নংত-ওইদ ঙাঙ বগী

তাওহে কাইরঙ লৌমীশা,
মাঙ্খি তাখি পুম্বগী
ফংদৌরিবা নখোয়না
পোৎকী পোৎহুৎ পুম্নমক্
মৎলবনি ঐহাক্না
রাকোঙ্ ওইনা রায়েনগী।
থাগোই— রায়েল চুম্বা নিংথৌগী
রায়েল চৈরাক তাবদা
মুংঙাইজরে ইনিংথৌ।
ননাই কংলৈমচাগী
ইকোক থুগাইবিবগী
মপুই চৈরাক তাবিরো!
কাদাম্বা— নঙ্না নকোক কায়বদি
নরাম্নংনি নহাক্কী।
লাঙ্গোইদগী তাহুনা
হৌগৎলবা ফাওবদা
নঙ্গী শাদোং শাহুদি
য়েংগে, থিগে হায়দনা
অপু-নবা অমদা
অয়েঙ্ননা য়েংহুনা
মীনা কৌবা তাদনা
থৌশাদনা লৈথোকপা,
নরাম্নিনে চাউরবা!

মরম অসী লৈবনা
নঙ্গী নকোক কায়বগী
রাকৎ লোদ্রে ঐহাক্না।
লোমীশিং— রায়েল চুম্বা নিংথৌদি
খোয়ুমমক্লি হায়নবা
অচুম্বনি খঙ্জরে।
নুংঙাইজরে, পেঙ্গরে।
কাদাম্বা— ঐনা পাম্মী অচুম্বা।
অচুম্বদা ঙাঙ্বগী
পাখঙ্ নঙ্বু ঐহাক্না
লাইমা পেল্লি ঙসিদি।
নৎত-ওইদ ঙাঙ্বগী
লোমী ময়াম 'সীদগী
রাকোঙ্ ওইনা মৎতুনা
ঐগী ওইফম্ থোক্লবা,
নঙ্না শিংগদোরিবা
মচুৎ মরেঙ্ পুন্নমক্,
ইওই-ওইবা অচুম্বা
রা-ঙাঙ্বগীদমক্তা
ঐনা কোকপিরবনি।
চৎলো, লোইরে পুন্নমক।
( থুকম্লগা ময়াম পুন্নমক মরী মরী চৎনবি থ্‌াইবী
তুংদা থাগোট চৎলক্লি—নিংথৌবা মুম্বা য়েংলগা )

কাদাম্বা— ঙাইখো, পাখঙ্ তুক লেপখো !

থাগোই— সনা নোংদম তম্বিসি ।

কাদাম্বা— হায়য়ু নহাক কনানো ?
লমদম্ কৈদা লৈবনো ?

থাগোই— ননাই ঐহাক লৌমীনি,
পানাই পিনাইদবনি ।
হারম নোংচুপ পাংবদা
কংলৈ লৌরায় খুন্দোন্দা
নাইতোম তাবা চেক্লাগুম
ননাই ইতোম মরৈজৈ ।

কাদাম্বা— চূঙ-ফিরানবু চারবা
চাউদম্-শাংদম নোইনোইবা
নঙ্গী শাবান উবদা
য়াম্না পেল্লে নিংথৌ ঐ ।
নহাক ঐবু থঙ্গরো
শেঙ্গা থুমজা পীতুনা
অকন্ অথৌ হাপ্পিগে ।

থাগোই— ননাই ঐহাক ঙমজরোই ।

কাদাম্বা— করি পাখঙ্ কৈদোবা ?

থাগোই— পামজদেনে ইনিংথৌ,
পোকঙমৃদ্রবা মপোকসে
মীগী মনাই ওইহুনা

তুম্ফম চাফম্ খঙ্দনা
লোমৃজনিংদে ননাইদি ।
কাদাম্বা— মীনা তানূবা ফংত্রবা
নিংথৌ ঐগী থৌজানূবু
তরাই তগোক খনৃত্রহে !
য়েংউ, মীচম্ কয়ানা
ঐগী থৌজাল ফংহ্না
পজেঙ্-ফীরাল থেত্তূনা
অতোম-অরেম কারিবা ;
ইঙাল্ ইথুম ফংহ্না
তোরেৎ থোক্না চাহ্না
পোকপৈ মহৈ য়াল্লিবা,
নমীৎতুনা উদ্রহে ?
থাগোই— অতুম্ অতুম্ ওইনমক্
ননাই ঐনা পামৃজদে ।
ইপাম্বোমৃগী পাঙ্গন্না
হুমাংমন্না তাঞ্জবা
ইচাক ইথুম চাহ্না
কনাদস্মু নিরুদা
কনাদস্মু লাল্লুদা
খূয়া তুশিৎ-তুশিৎনা
পাঞ্জনিংবা ননাইনি ।
কাদাম্বা— অচৌবস্মু কল্লক্তে,

কম্মাইবসু মিহৌদে ?

থাংগোই— কল্লকচদে ইনিংথৌ !

কাদাম্বা— ঐগী ম্নাথং ভাক্লরোই !

থাগোই— ননাই ঐহাক পামজদে।

কাদাম্বা— অচ্চা, মতোয়নরহে !

নঙ্বু শেম্বিনীংতুনা

মুংশিতুনা তৌরগা

নঙনা ঐগী ইয়াথঙ

লৈখা তাহল্লবকো !

তাওহে পাখঙ তোনাম্বা,

নিংথৌ থল্লিংদ্রবদি

করিগুম্বা থৌদোক্তা

ঐগী সনা কোন্নুংদা

নখোঙ খোঙ্গুল তাফদে।

চৎলু, নশক্ য়েংনিংদে। (চৎখি)

থাগোই— নোংদম খোল্লি ইনিংথৌ।

(থুরুম্লগা থাগোইস্থ হৌগত্তুনা মখোঙ, থাংবা হৌরক্লে—থাগুক্লা মখোল ফাজিন্দুনা লোল্লগা কোম্বীনা লাউরকই)

কোম্বীরৈ— হো— অমুক্তা ঙাইবিখো !

(থাগোই চপ লেপ্লুনা কোইয়েং য়েংঙি কনাস্থ ঙদে — চৎকে তৌই—হায়গুম্বা অমুক লাউরকই)

কোম্বীরৈ— হো—শক্লোক্লদ্রিবা-ও !

ঙাইহাক্তদি ঙাইখো-ও।

( থাগোই অমুক হয়া য়েংঙি— কনাম্বু উদে )

থাগোই— হা— কনানো, ঐবুরাও ?

( ত:বদা পোম্বী মথুং নাম্বনা রা ঙাঙ্গনু হায়না থায়-থায়ন্না মথু-নীং কাঙ্না কাঙ্না নিংথৌ চংখিবা মায়কৈদা চেপ্প চেপ্প য়েংচুনা উ মরুমদগী থোরকই—নিংথৌ উখিত্রবদা মুংশা মপী হোন্দুনা )

কোম্বীরৈ— হয়ুম— !

( মথুংনা মপূক্তা নাম্বরগা শোর হন্দোক্লুনা মমীং উইশিন্না লেপ্লনা লৈ । )

থাগোই- নুরা কৈদোরবগে ?

কোম্বীরৈ- ইমাই পেম্মা কোবী-ও,

শোয়রম্লিদা শরীশো !

থাগোই- কৈদোরগে তাকপিয়ু।

কোম্বীরৈ- চাউবং ওইনা তৌরদ্না

মাইদা পঙমল্লাক্মল্লি ।

থাগোই- ওইনবিরিবসীবু

ঐবু ওইবিরবরা ?

কোম্বীরৈ— হোয়নে, শঞ্জাউ নারেক্পা,

ঙম-ওল ঙমদাই থুংদবা।

তস—অস্নুমত্তম্ হায়দোক্কে।

থাগোই- ইমাইপেম্মা করম্মো !

পোকইংদগী অমুক্তা

উমদ্রিবা ঐঙোন্দা

ওইন 'সুক-চাউসিনদি
খরা তোংনরবদি
" ও-শিন্‌বিরক্‌ত্রকো ! "
কোম্বীরৈ— অরোন্নুবগীদমক্তা
মীনা লোন্না কৌরগা
খংপ্রেক হেক খংমখৈ
" হা কনানো, ঐবূরাও ! "
ইপা নিংথৌ তার'দি
করি থোক্কবনোদো !
থাগোই— এঃ ! মজায়'বেম্মা ওইরেকো
কোম্বীরৈ— নচ্চদেয়ে ইবুংঙো !
ইপা কৌজৌ হায়ত্না
ইপা কৌজৈ নিংথৌদা ।
তিন্নফাব্রিঙৈদনা
তুকা থিবিরেদকো !
থাগোই— সনা কোন্নুংসীদদি
করি ওইবিরিবগে ?
কোম্বীরৈ— মীনাই ওইরি, নাইনুবী !
থাগোই— য়াম্না চাউরিপোৎনিনা !
রারোবিন্নু ইবেম্মা,
লৌরায়মচা ওইবনা
নৈমরোনগী থৌগল্লোন্
চৎন-চন্ন খঙজদে ।

কোম্বীরৈ— অতুগুম্বা নহাক্নে
নরাইবক্তি ফরিদা
চৈবু ফনা কারিনে।
থাগোই— করম তৌনা কারিবা ?
কোম্বীরৈ— মজায়বেম্মা হায়'সিদি
ফজখর-পোৎনিকো
মপা লৈতে তাইবংদা !
ব্রারক্তগী থাজনা
তরং তরং হুন্দ্রোক্লুম্
নিংথী ফজে চঙ্খোল্লি।
অতুম্নদি ওইরগা
মনীৎ লোক্তোঙ্, মনাপঙ
মরোল থোক্তে, নাম্মাহোয় !
থাগোই— হা হা হা হা, কম্দোবা !
কোম্বীবৈ— পাখঙ্ থকচা-নগন্থু
করেম-কথায় মীনোক্লা
চীন্নান মরাঙ্ হৌজন্নু।
থাগোই— ননাই ঐহাক হৌজদে।
কোম্বীরৈ— লায়রি, অঙম অথৌদি
নিংথৌ মচা কয়াগী
হায়জ-চঞ্চরবনা
নোংগাংনদ্রবনিনে।
অসীগুম্বা ফরবা

মতীক মঙাল নাইরবা
পাখঙ্ কনাই মায়খোঙ্বু
ইরেম্মনা য়েংবিদে,
মরা মখোল তারিদে,
পাওখুম্বিদে পাওমেনগী

থাগোই— য়েংদবনা উরুদ্রে—

কোম্মীরৈ— উদবনা মীৎতাঙ্লে,
তাদবনা নাপঙ্লে
ঙাঙ্দবনা লোম্মোক্লে,
খঙ্বিরব্রা নারেকপা।

থাগোই— নাম্মা হোরি হায়বদি ?

কোম্মীরৈ— নাম্মা হোরি হায়বদি
তুমা লাকপা তাইবংদা
পোৎপা লৈত্রি হায়বনি।

থাগোই— ওঃ অদু ওইরেকো !

কোম্মীরৈ— য়াঙ্গোই ল্যাবা মহাক্কী
থিনুগৎলক্পা ময়াদি
থেঙ্গুয়াই ওইবনসু
শুজিন্দুনা চঙ্দেদো।
পাখঙ্ নঙ্গী লাইবক্তো
য়াঙ্গোই-য়াগা পাংখক্লে !

থাগোই— পাংখক্লিবা মরমদো
হায়দোকপীরো চচ্চ্রগে।

কোম্বীরৈ— কনাই পূকথেম্ তাদ্রবী
ইবেম্মনা পাখঙ্‌বু
শকখঙ্-মায়খঙ্‌ননিঙিঙ।
থাগোই— মাতুই ওইবিরবদি
মতীক চাবা নচ্চদে
খঙ্‌বিহুনা কান্নরোই ?
নৈবিহৌরো চচ্চরে। (চৎপা হৌই)
কোম্বীরৈ— হৈমা! মতা'মনিনে!
ঙাইহাক্তদি ঙাইখোনে!
থাগোই - অমুক্ পন্থবিরহু
তাকপিদোবা তাক্‌পিরো!
কোম্বীরৈ— অতৈ কৈস্থ নত্তেনে,
মাগী নৈশক লেনম্মা
তাইবং শান্না ফাওরবা
মীনা চিন্দি চিঞ্জনীং
হেকচবদি ঙমদবা
ময়েক নাইবা লৈ অমা
অরাঙ্‌বদা শাৎলিসে
মাসিদদি কৈদোগে
হেকপিখবো হাযবনি।
(খঙ্‌জিন্নদ্রবা থাগোইনা অস্থম য়েংথোকখিবজ
উপাল অমগী উকাদা শাৎলিবা নৈরাং অমা উরে।
থাগোই— মাসিবুদি হেক্‌পিগে!

( হায়রুনা উপাল তান্না চংখি )

কোম্বীরৈ— পঙ্ মন্নসু পঙিঙদা,

করম্বগী নীপানো !

( শুগত্তুনা লৈথোকই — লোংলম্বদগী
শজীক্লোয় নাখোন পীক্না থোরক্লগা লোন্না )

শজীক্লোয়— নঙ্ বুনেহে অপঙ্বী !

( হায়রগা কোম্বীগী মনাকোংদা চিবোন চিবোন ঙাঙিঙ কোম্বী মমীৎমনা শূক থত্নুনা তারম্লগা মথোল থোক্তনা নোকথোক্লকই )

কোম্বীরৈ— ( কোংনা ) হোয়নে হোয়নে হায়গেনে !

শজীক্লোয়— ঐ লোত্তুনা লৈগেকো,

উহন্নিংদে, ইকায়ন্জে !

( কেৎ হায়দোত্তুনা চৎকে তৌই )

কোম্বীরৈ হৌজিক্কীদো ইবেম্মা !

( হায়দুনা শজীক্লোয়গী নাকোংদা চিবোন্না
ঙাঙ্লি—শজীক্লোয় মক্তক নোমহুনা তারি )

কোম্বীরৈ – ( কোংনা ) 'সীনত্রদো ইবেম্মা ?

শজীকলোয়— হোয়নে হোয়নে মানিনে।

( হায়রগা চংকে হেক তৌবমক্তদা থাগোই প্রপ প্রপ লাকই )

থাগোই— সনা কোন্থুং হায়'সীদি

লৈরোল নাইনা শাৎপোইদা,

অনীশুবিরম্লেনা !

( শজীকলোয় খংপ্রেক খংভি চংশি চৎঙমদহুনা
কোম্বীরৈগী মরুমদা লেপিন্দুনা ইকায়বা থাঙ্লি )

কোম্বীরৈ— নৌমা শাৎপী লৈরাংবু
চিনবিনীংনা চিন্নবা,
কোম্না লৈশক উৎপনে !
করি হায়গে ইবেম্মা !
( খম্বীকপ্লোত্নবা কোম্বীদা থুনীংনা থিন্দুনা ইকায়-
খা থাঙতি )

থাগোই— কুম্বাল লাম্থোকখিত্নুনা
পোইম্নু থাদা শাচ্চবী
লৈরাং লৈস্না নুংজূম্বাল,
য়াখনগী লৈ ওইরম্লে।

কোম্বীরৈ— মকুম্ মথা নত্তনা
লৈরাং মানা শাৎপনা
অপাম নুংশি কুমদম্-লৈ
চিন্ন-লৈনি হেকপিয়ু
হায়জবনে ইবুংঙো !

থাগোই— শাৎন চিন্ন কুম্বানগী
য়াংমা লান্না লৈরাংনা
য়াংনা শাৎপিখিবনা
ঐদি হেকপা ওমজত্রে।
মতীক্ চাবা অমবু
হেকহন্-চিল্হন্বিহৌরো।

কোম্বীরৈ— হৈমা ! ঙাওরি-ফৈন্নিনে !

থাগোই— ঐদি ঙাওত্রঙ্-ফৈদ্রঙ্‌নৈ,
চচ্চরগে ইবেম্মা ! [ মমায় লৈখোকই ]

কোম্বীরৈ — পোমথা-হৈথা-নরদ্না,
শাউনা শাউগল্লিবস্মু
ঙাইহাক্তদি ঙাইখো-ও ।

থাগোই— অমুক পম্ব্জররোই,
তাক্কদোবা তাকপিরো !
[ শজীক্লোয়দা ওনশিল্লগা লোল্লপা হায়রকই ]

কোম্বীরৈ— হেক্তা হায়দোক্লগেকো ! (থাগোইদা লৈশিল্লক্না)
অতুবুরাও, সীনিমা
ঐখোয় ইবেম্মননে—
( শজীক্লোয়না খুনীংনা পূক্লোক্তা কক্ হেক থিনবদা থংবোই লাকপোই )
আ-উম্-, কৈনো সিবী-আ — ।
( মবেম্মদা ওনশিন্দুনা )
কো ঐখোয়’বেম্মা কো !

থাগোই— হৌজিক্কীদো কমদোবা ?

কোম্বীরৈ— ঐখোয় ইবেম্মননে
নাক্তা লেপ্লিবীসীনি ।
ঐহাক্কনে মনাইনি ।
য়েংজো নমীৎ অতুনা ।
( শজীক্লোয়গী মতুংদা লেপথি )

থাগোই— মুন্না খঙ্‌ৈজ ঐহাকসু।
নিংথৌরেনগী শজীক্লোয়,
ওয়গী তম্ফা রাঙম্লোন্
নূরা মজ্জা ইকেম্না
পীক্না লমচৎ খঙ্‌লবী
চাউনা নৌরা শাবীনি।
ফুংথিল কোরৌ হনবনা
লোইবি ফিরুক খুমতুনা
নোংচুপ চীংগী মরুমদা
কেকু লোংখ্র'মতমদা
নোংমাই নোংথেম নোংপোকচীং
কংলৈ পুংয়োল গুান্ন-চীং
লোইবী লৈরোংলক্তগী
তগুপ-তরং-হুন্দ্রোক্‌পা
কোয়রেন তম্ফা য়ায়রঙ্‌চান্
থাজ ম্যাগুম নিংথিবী,
ঈংনা মঙ্গাল লৈবীনি।
সনা নাক্তা লেপ্লগী
ঐগী ইতীক লৈজদে,
লেপচগেসু নীংজদে।
রারৌবিখু চচ্চরে।

( চংথি—শজীকলোয় ন্‌ংবেংনবা লেপ্তুনা
লৈহৌই—মবেম্মগী মতৌ উবদা )

কোম্বীরৈ- - হৈম্বা ! ঐখোয় ইবেম্মা !

( চত্তশিন্দুনা মনাক্তা লেপ্পুই— )

শজীক্লোয়- - য়োং চীম্বীবী, নঙ্ ননি !

( ভায়দুনা কোম্বীগী মখম প্পায়দুনা )

হায়দু ঐসে ফজত্রা ?

কোম্বীরৈ— - ফজৈ, 'বেম্মা য়াম ফজৈ।

শজীক্লোয় - — হায়য়ু ফজত্রনেহে ? ( মখম চিংঙি )

কোম্বীরৈ- — হো ফজৈয়ে, ফজৈয়ে।

শজীক্লোয়- - ফজরগা করিগী

মানা ঐবু পামদ্রিবা !

চীনগল্লবী নঙ্ ননি

ঐবু চোপহল্লিবসে,

হায়য়ু ফজত্রনেহে ?

কোম্বীরৈ- - ঐনা কৈদৌরবগে ?

শজীক্লোয়- — নঙ্ না ফজৈ হায়তুনা

কাইহৌজরুই মঙোন্দা

মানা কৈস্থ কাঙ্ লক্তে

সুংশি য়াকা অমফাও !

হায়য়ু ফজত্রনেহে !

( মখম লাক্ না চিংখৈ )

কোম্বারে- - হো ইবেম্মা ঐ শিরে,

কোপ্লে, কোম্বী কোপ্লেনে !

· হায়দোকউনে অত্তুবো।

কোম্বীরৈ— থাদোকপিয়্ হায়জগে।

( থাদোক্লে—কোম্বী হুংশা থবেৎ থবেৎ
হোন্দুনা কপ্পি কপ্পি তৌদুনা লৈ )

শজীক্লোয়— মীনাইহুবী, চোচ্রোবী
নঙ্ থঙ্নিদো ডসিদি।
হায়য়ুনেহে চীনুগনবী!

কোম্বীরৈ— অতুবুরাও, সীনিনে
ফজবনা ময়ামগী
হুংশিবনা ঐতগী ;
অপাম-হুংশি হায়'সীনা
ইতোপ তোপ্পা লৈ হায়বা।

শজীক্লোয়— করম তোনা চীঃনীবী ?

কোম্বীরৈ— ইমীৎকূৎপী, পাজোম্বী
থুনীংকায়বী, য়োংমানবী
ইকোপ-কোপ্পী কোম্বীবু
ইবেম্মনা হুংশিবী।
পাম্না লুনা মথনূবি
তো অসীগুমতুননে—
হুংবু হুংশিরবদি
থীরবস্ম মপাম্মী।
ফজরবা পাখঙ্দো
ঐনা মাবু পাম্লুদে

ইবেম্মনা মপাম্মী
তো 'সীনিনে ইবেম্মা !

শজীক্লোয়— মানা ঐবু পামদবা
ঐবু নুংশিদবকো !

( হায়দুনা মমীৎ ঈয়া হৌনা শুরুংদা য়েংদুনা
লৈরে—মবেম্মগী মতৌ য়েংবা শুমত্রদুনা )

কোম্বীরৈ— কংলৈ চম্থু ইবেম্মা,
ওয়গী তম্ফা রাঙয়োন,
অঙু য়ৌনা মহাকপু
নীংবি-নুংশিবি'রদি
ননাই ঐহাক লৈজরি ।
হৌজিক্মক হেক চৎলগা
মশা শাগন লাক্তুনা
সনা মাঙ্দা চিংলক্কে ।
রাবিরুম্থু ইবেম্মা । ( চৎখি )

শজীক্লোয়— মানা ঐবু পামদবা !
ওঃ — — — — ।

( হায়দুনা মথুৎ অনীনা মমায়দা খাজগা
নীংবা কায়না লেপ্লুনা লৈ )

—

তঙুবা উৎপা

# কাইরঙ লৈবাক

মফম—খুরক লম্বেল

মতম—নুমিদাংবাই

( থবামানবী ইমচাং-লোংখোল্লুবগী মথ্‌ংদা তুগোল অমা য়াম্লি-মথৃত্তা লোং অমা পাম্নরি—মফনেক্তু খুঊদগী খুবাক অময়োম কাখৎকপ তৌনা পূমচোৎ চোৎলে—খোয়খাউনবা শাক্লি—তরংলেন্না মতুং ইন্নরক্লি )

তরংলেন— নুরা থবা শকহেনবী,

ঐগী য়াব্রা তুংইন্না

ইরানয়াম্নদা চৎসিনে।

থবামানবী— মজায়বুংঙো কৈদৌগে

খোয়হোৎনবা নয়াথং

অমুক তাকপিরনুবা।

তরংলেন— থবা নঙবু থঙক্রবা

নঙগী নুংগুল মৈচাক্লা

থম্মোয় খোম্না চাক্লিঁসে।

থবামানবী— ঐহাক অঙাঙ নৎলক্তে

অতা অউ মমাঙদা

ইকায়থীবী লুজানি,

লেঙখিবনা ফনিদা।

তরংলেন- করম তৌনা চৎকনি

মথোক কাখৎলকপগী

লৈজ ইরল পুন্নমক
কথোকচয়ে নঙোন্দা।
নঙগী নপোং নরনুবু
নঙনা লৌশিন্‌বিদনা
লৌশিনবিনি কনানা।
তম্ফায়াইনি থন্নুনা
পূঙোগবা ফিজ্জীদা।

থবামানবী— অরঙবা পোং পুন্নমক
য়াই হেক্ ওইখা নঙ্গেন্দা।
লংঙি ফজ্রে হায়ত্থুনা
লিক্লী মচেং মকায়বু
অরীকপা মী কনানা
লনশীং চম্না শম্বগে!
মথা তাথবিরন্থু
ইচিস্থীবী ওইবনা
থৌগল লোনচং কায়রক্নি

তরংলেন — থবা থোয়চংনখিন্থু,
ঐগী ইপা নিংথৌনা
নহাকুম্বী নীংথিবী
নিংথৌমচা কয়া হায়।
অমুক কনি হায়গনি
কংলৈবাকী শকহেনবী,
নুরা তম্ফল শজীক্লোয়.

পোইরৈ ঙাম্বী মা ফাওবা
নগুংলাংগীদমক্তা
থাদোক্লবা ঐনিনে।
নূরা নঙদি থঙদবোই ?

থবামানবী— নপাবুংনা পামজবা
খোয়দাজবীশিংন্থুগা
পানুমিন্-শিমিন্নবনা
য়াইফ শীংদা চনুগনি।
ছন্দোকথাক্লি ঐহাক্তি।

তরংলেন— নঙগী নপোক্ নম্বিনা
কনুমন্ লাকমনুখিবনা
নঙবু লৌরে হায়রগা
পুন্সি লৈরোই হায়থুনা
য়াদবনি ইপানা।

থবামানবী— ময়ি কন্বী হিংচাবী,
মীচাবীবু করিগী
চানি থঙনা পাম্বিরি ?

তরংলেন— নঙগী নশক্ নতৌনা
ঐগী খোয়জি য়ুথুনা।
অসীমস্ম থঙখোনে—
"অঙাঙ-মশেন য়ানজা
চেঞ্জ-চোংজরক্ল'দি
ফত্ত-হৌদি কোকই-হায়।

মাস্থ থোক্লক্লবস্থ
ঐনা কৈস্থ কম্থোক্লোই"
ঐগী ইপা নিংথৌনা
নুরা নঙগী পম্থৌদা
অসী ফাওবা তাকপিখি ।

থবামানবী— মচায়বুংঙো কান্নরোই
মপোক্লদি হিংচাবী
মরমচৎনা মীচাবী
থবা ঐবু থাদোকউ ।

তরংলেন— ঙাইখো থবা হাথিন্থু —
রাফম অসি লৈবনা
পম্থৌনস্থু নুরাগী
মমোম থবা মানবীবু
তরংলেন্দা কৎকনি
শরী পরৈ মচেৎলী ।

থবামানবী— করিগীনো পম্থৌনা
মপোক ময়ি কল্লবী
মমোম হিংচা-য়াইতম্বু
নিংথৌ মচা তোম্পোকপা
তরংলেনবু চানবা
থাজ য়োম্থোক্পিববো !

তরংলেন— অতুগুম্বী থবাগা
অপাম্ফমগী ফমপাক্তা

য়েংকা ওয়গা পাল্লোইনা
মীংকুপ'মগী মতমদং
পানমিন্নজরবদি
শিবা ফাওবা ওক্লবা
পাখঙ লাইবক চাওবনি।
নূরা নঙবু ঐহাক্না
অসী ফাওবা নীংজৈদো।

থবামানবী— মচায়বুংঙো কৈদৌবা!
শৌবীং শৌবীংনরবা
রাঙাঙ ঙাক্তা ঙাওহ্না
ইকায়থীবী হুজাবু
ইকায়হল্লিবসীবু
নুপীচানি হায়হ্না
উশিং-থৌওইদবরা?
হায়রি'সীনি খঙবিয়ু
তরংলেন্দা থবানা
ওঙবা লৈবা ঙমজরোই।

তরংলেন— করি লমচৎ চুম্দবী,
চাদশিন্ন চথোমচাউ
য়েংদশিন্ন মীৎলাওবী,
খঙিঙ নঙগী অরোনবা।
ঐহাকসীবু কনানো?

হাৎকে ত্থুপকে ওন্নবা
নিংথৌ মচানিনে ঐ ।

থবামানবী— কল্লি, ওন্মি হায়ত্থুনা
মাবু পাক পাক হাৎল'দি
তাইবংপানবা অসীদি
শা-ওইরবা মীশীংগী
মীহাৎপূংদো ওইরোইদ্রা ।

তরংলেন— নচিন্ থীত্থু চীস্থীবী,
নঙবু ফারে হায়রগা
ইরানয়ায়দা পুবদা
কংলৈ মচা থাগোইনা
নঙবু কনবা ওম্‌দ্রহে ?
থবামানবী, চেকশিঞ্জৌ ;
তরংলেন্না নহাকপু
ফাস্থু ফাদৌরিবনি ।

থবামানবী— ফাবা খুদক অত্থুদা
নুরা থবামানবীগী
থক্বায় মীরেল কাংলবা
পোলাংগুম্বা হকচাংসে
ফংবিনীংলবদিনে
ফাবিরো-লাও হৌজিকস্থু ।

তরংলেন— থবা !

থবামানবী— মচায়বুংঙো তরংলেন,
মসীমদি খঙবিয়ু—
পোকপা নাইবা তাইবংদি
শিখা নাইবা ময়েক্কি ;
শিবা তাবা থবানা
শিবা কিদে হায়বসে।

( থবা চংথি—তরংলেন্ তিঙক্ তিঙক য়েংল্লুনা লৈহৌই—মাগী হৈনবী ওইনা মনপ্ শূৎ-শূৎ চিংথংপা পেতো প্রপ্ প্রপ্ লাকই- তরংলেনবু মুমা য়েংলগা )

পেতো— হিঃ হিঃ। মজায়বুঙো !
উংলিবরা, ঊঙলিবরা,
উইরিবরা, উয়রিবরা ?
তৌরিসীবো কৈ-কৈনো ?

তরংলেন— করি পেতো কৈদৌবা ?

পেতো— নূরায় মপাউ তাবদা
নুঙাইবনা উংলিব্রা ?
ইকায়বনা ঊঙলিব্রা ?
অদু নত্রে হায়রগা
রারী নুংঙাইমনূবনা
হকচাং অম্বোল চন্দুনা
তূম্লিংদুনা উইরিব্রা ?
অদু শূক্লৎ নত্রগা
রাথী-রাশা তাবদা

রারু-হুংজু খৌরুক্কাও
খাওখিনিদো হায়তুন্না
উইন-কন্না ইন্দুনা
উয়্না খাওখিরিবরা ?
তরংলেন— খুংলিককা য়াওদনা
উঙলিবনিনে উঙলিবা !
পেতো— (খানা) ওঃ—। খুংব তারবকো ?
পাম্মুয়দকো ইবুংঙো ! [ হীক হীক কপ্পি ]
তরংলেন— [ ফিংনা ] করি পেতো কমদোবা।
পেতো— খুংলি য়াওদ্না উংল'দি
খুংভি হায়নে ইবুংঙো !
তরংলেন— খুংবু খুংবরনেহে ?
পেতো— খুংঙি খুংঙি ইবুংঙো।
খুংলি য়াওদ্ন উঙ্বা খুং
অতুম খুংখ্রে লৈমায়দা।
তরংলেন— করম তৌনা পেতোবা ?
পেতো— উরুরুরু উঙবা খুং
কোৎখৎলগা খুংলিনা
খুৎনা তাপ হেক ওকপদা
উঙদরে খুং, খুংদ্রে খুং।
তরংলেন— খুংলি য়াওদরবদি ?
পেতো— য়ঙ-য়ঙ, উঙ-উঙ লাউনা ঙং
উরুরু লৈনা উঙবা খুং

ওকৃপিহৌদরবদি
য়ৌনিং 'মীখূৎ য়ৌদনা
লৈবা মখৈ লৈরগা
মকোক্ ঙাওমনৃখিহ্নুনা
হাইনা হুয়া থেক্লৌনা
থরো মারো ওন্দুনা
খুংদো খুংখ্রে লৈমায়দা ।

তরংলেন— ঙাইখো, খুংব হায়'সীবু
খুউ মথা কমৃলাক্তা
কুরু কাবা নত্রনে ?

পেতো— কুরু কাবা হায়বদি
হন্নুরগা কাবনি ।
য়ামখ্রে, খুংবৈ রাপাদি ।

তরংলেন— পাখঙ ঐনা খুংল'দি ?

পেতো— ময়ুম পানবা ফংদরে ।

তরংলেন— হাঃ— কৈদৌবা ? ঐহাকপো !

পেতো— অহোয় মানি ইবুংঙো !
হৌজিক চনাং ইনৃমখৈ
য়ুম্বাল্লগে হায়তুনা
মাবু তান্নরিবসে
ফংদতুনা পান্দবা !

তরংলেন— অহু ওইরবদি ঐ —

পেতো— থবা মানবী ফংদরে

মীনা, মীৎমাঙমক্তদা
হোঙদোকখিবা মতারে।
তরংলেন— অওইব্রনে হা পেতো ?
পেতো— অওইনিনে হোইবুংঙো।
তরংলেন— তরংলেন্দি মাঙ্ জরে।
পেতো— কোক্লবদি অমা লৈ !
তরংলেন— হায়য়ু পেতো করি লৈ ?
শেনূখাই নাতৎ অমফাও
খাক্লোই ইবো হায়য়ুহে।
পেতো— ননাই পেতো হায়জগে —
আহেম্ 'সিনী ইবুংঙো,
অনীনা তুক্ মোংজ্ববা
ময়ুম মোংবা অমতং
কোক্ হেক শাদোক্পিরোনে
তরংলেন— শাদোকপিস্থু ঙায়দনা
করি থবক লৈবগে ?
পেতো— মোংবা মরান য়ায়হ্দা
মখোয় অনী মোংহল্লো !
তরংলেন— হায়য়ু কনা কনানো ?
পেতো— পোংস্থই মচা পেম্তোনগা
পেবেৎকী মচা পেতোগা।
তরংলেন— আ হা হা হা হা। (নোকই)

পেতো— পেতো পেমৃতোন অনীনা
মোংমিন্নরবতদা
খুংবা কোক্তোরিবনে।

তরংলেন— পেতোবনা পেমৃতোনবু
তরংলেন্না থবাবু
পামজৈদকো লাইমস্নু।

পেতো— করি হায়নি ইবুংঙো,
পেমৃতোন মাগী রাখন্না
পেৎ-পেৎ লাউবা পেতোবা
পত্রুৎ পত্রুৎ পৎমথৈ
পুন্নবন্নিনে পুন্নবা। (কপ্লিং কপ্লিং তৌনা)
পত্রুৎ পত্রুৎ পৎতুনা
প্রেৎ-প্রেৎ পুন্নবস্নুনে
পেবেৎপগী মপারী
পেৎ-পেৎ লাউবা পেতোনা
পূপ পূপ লাউবী পোংন্নুগী
তীক তীক লাউবী মমোস্রোন
পেম্মা পেমতোন পামজৈদা।
পৎ পৎ থৎত্না চিন্নিংঙি।

তরংলেন— পেমৃতোন্ মাগীদমক্তা
পেতো, পেৎ-তোইনরবোই।

পেতো— পেৎ পেৎ ঙাঙ্ন্নু পেতোদা

পেং পেং ঙাঙ্নু পেতোদা
পেঁতোদা পেংথরক্কনু।

তরংলেন— আঃ! শাউবোইনা পেতোবা।

পেতো— শাউনি, শাউদবদিনা।
ঐনা হায়দি কৈদোগে
মচা মনাই ওইবগী
নোংমতম্নু "হায় পেতো,
নঙগী পেম্মা পেম্তোন্দু
কম্দৌরিবগেনে হায়"
মহঙবিয়ু পেতোগী
পেংকে হায়বা থম্মোয়সে।

তরংলেন— নত্রব্রতুনা অহুদি—

পেতো— ঙাইহাক্ লৈরে থবাদো
থবা মানবী হায়বীদো।
থবাবুতা মথাবা
পেম্তোনবুনা পন্দবা।

তরংলেন— হ-হ-হ। মাহুই ওইরে পেতোনা
পেহৌ পেহৌনবদে ?

পেতো— নংলি—'খোয়দি নচৈয়ে। ('পহৌ পেহৌজ)

তরংলেন— মাহুইদমক্ করিগী
পেরিবনো পেতোবা!

লোংমা মীয়াম তঙহনা
কোক্ থাংঙ্রে হায়রগা
পেতোবগী মকোন্দা
খিঞ্জিনূবস্থু ঙায়দনা ।

( পেতো হি হি নোকচয়

পেতো— 'খোয় ইবুংঙো পূক্ফথা,
রা থউঙদা, ফজৈদা ।
ঙসাই উঙবিরম্বু ?

তরংলেন— অা সীনি ইবো অসীনি –
ঙসি কাইরঙ চম্থুরা
পাত্তা ইঙ্গিং-লোং খোঙ্লি ।
পাৎয়া হম্ব -মরক্তা
শঙদো মথৈ শঙ্লগা
মতুং ইন্নরকৃপনি ।
মাগী তুংয়ান উবদা
নুংশা শানা মম্মী হে ।

পেতো— মমৃদজিজা মম্মূদে !
অমম্বতুই মম্মুংদা
মঙ ককাদি মঙ্তুনা
মংগ্রাককা তান্দবো ?

তরংলেন— তানৃবাদবু নম্ভেনে,
খোক্তোক্লগা মংগ্রাতু
চাতুম চামিন্নরমুই ।

পেতো— মঙগী মংগ্রা হায়সিদি
হাউত্র পোংনি, হাউরিনি।
মাছুই মথা তাবিসি।
তরংলেন— মাতুদগী ঐথোয়নী
য়েংক্রা ওক্কগা পাম্লোইনৈ,
নিংথো নৈবাক নৌমিন্নৈ।
হেলোয় তরেং থোয়কই
ঐখোয় নীবু খৌগন্লে।
পেতো— হেলোয় তোনবী, অতুদি
হেঙো হেঙো লাউরদ্না
খংপ্রবনি লাইমন্নু।
তরংলেন— অতুদগীদিনেহে—
পেতো হায়বা মতবুনে,
হেলোয় 'তোগ্নী অতুনা
ইথোকথ্রেনে থবাবু।
পেতো— অঙ্ অঙ্! থবা ইথোকথরগা
তরংলেন— মহাক ঐগী ওইরেনে।
কয়া ফুংঙাইথরবা
মঙদা মংগ্রা তানবনো।
পেতো— মতুং শকথবিরসি।
তরংলেন— মাতুদগীদিনে, ছুম—

(মকোক থ্রোং থ্রোং থোংলি)

পেতো— হায়থবিসি, হায়বিসি।

তরংলেন— মীকপ থোরকপদদি
ফুঙ্গায় মৈতাল মরক্তা
মংগ্রা লৌগুম ঐহাকপু
মংদা লৌশিল্লম্নগা
থবা মানবী মংগাখ্রে।
পেতো— মংগুমহৌরে পেতোনা।
তরংলেন— ঐহাক শিরবনিনে
চঙ্না চঙশি শিরবা।
পেতো— শিবহুনা ইবুংঙো,
মংদা লৌরম্লিবনে।
তরংলেন— মাবু ফারে, শীনি হায়,
ফাদ্রে, নাম্থোকাঁখদৌরি।
কম্দৌসিগে হা পেতো?
পেতো— মপা খাগোক্পত্নদা
তক্ল তারে ইবুংঙো।
তরংলেন— অসি খিবিক্ থোক্লিসে
কংলৈ মচা থাগোইনা
খোঙদারক্পদগীনি।
মাবু প্রোক প্রোক শারবা
খাম্বি থক্নী কম্বীদা
কংঙৌ ঙৌরবতদা
থবক পুম্বা থোক্কনি।
(চৎপা হোই পেতো ভুংইরৈ।

পেতো— মংগল্ কংঙৌ শায়বগুম
গ্রৌ গ্রৌ হেক্তা শায়গায়সি ।
( চৎলম্ চৎক্লাব্রিঙৈনা থাগোই
লাকপা ঊত্না অনীমক চপ্ লেপ্লী )
তরংলেন— লাক্লিবসে নৎত্রা ?
পেতো— মানি মানি ইবুংঙো ।
( থাগোই লাক্লুনা মপা য়োরক্লবদা
তরংলেন— ঙাইখো তনবা চৎথিন্নু ।
থাগোই— করি ওইবিরবনো ?
তরংলেন— চৈরাক পীগে তৌবনি ।
চৈরাক চানীংদ্রবদি
সীদা খোঙদারক্কনু ।
থাগোই— করি মরম লৈদনা ?
চৎননবা লম্বৈন্নি,
চৎনফমদা চৎপবু
থিংলদৌবা মী লৈতে ।
তরংলেন— ঐনা থিংলিবসীনি ।
থাগোই— ঐনা চৎলিবসীনি ।
পেতো— ঐনা য়েংলিবসীনি ।
পেতোদা পেৎ পেৎ ঙাঙজন্নু
নথনাউ পেৎ পেৎ মেৎথায়নি
মচিন্নান মথক থংবনা মনাতোনগা শম্লনা মনপ্ চিংখত্ত্না লৈ )
তরংলেন— হায়বিরিবা অসীনি

নঙ্না তম্শিল্লক্লিবা
নঙগী পান্থম লৈরাংসো
ঐগী অপাম লৈরাংনি ।
অপাম্থদা থাহ্না
ঐগী শাগন শায়াদা
ইনুংচুক্না শাত্তোবী
চিন্ন-রৈনি ঐহাক্কী ।
অসী খঙনা চত্তুনা
মাবু তম্না থাদোকচৌ
নক্রবদি শোয়জনি ।
থাগোই— হা হা হা হা অপঙ্বা !
পঙ্খোকোন্দা পোম্লিবী,
পোম্শাংনবী লৈরাংদি
পনৃথিংক্রিবী লৈরাংনি ।
অঙম্বনা হেক্তুনা
চিঙনিংনা চিল্লবা
থেল্লিবনি খ্বাইমক্তা
হেকচৌ চিঙ্খৌ হায়ত্তুনা
নঙনা ঙম্লে হেক্চখো,
ঐনা ঙম্লে চিঙ্খোকে ।
হেক্ত্রিংঙৈনা মহাক্না
লৈপু শাবা য়াবরা ?
তরংলেন— মচোম্-মশাক্ নাইদনা

নঙ মা কক্না হায়রদুনা।
ঐহাক অনী কন্যানো,
ঐবু শক্-খঙবয়া নঙ?

থাগোই— কম্মি কায়রুগনি
নঙ গী নশক্ খঙলগা।

তরংলেন— কাইরঙ কাকয়েন ঙম্বগী
মপাল্মীদ্দি তোম্পোকপা
তরংলেনবু শকখঙদে?

থাগোই— ওইজৌ, ওইদু হায়বিরোই।
শিন-খুবম ফংদুনা
নিংথৌ লৈবাক ঙাক্লিবা
শোরারেনসু মওইজৌ,
থাইরৈবাক্তা থাজগী
থয়া নক্লা খোকচবী,
থাগী থবাক ঈপাক্তা
থাবোম ইপোম লাংজবী
থবায়দমক থাগোইনা
কনাবুসু থুক্কেহে।

তরংলেন— অচ্চা। নঙগুম্বনসু
মিংলেন্ অদু পন্দুনা
অদু য়োনা ঙাঙবদি
থরায় মাঙনিংবরাহে।

থাগোই— ইথর়ায়না মাঙবরা,
নথর়ায়না মাঙ্‌বরা
মায়োক্লবা লাম্বাদা
চাংয়েংনসি থোরকৃউ।

তরংলেন— নচীন অহু থীবগী
নক্ল কুম্বা তারেদো।
ঐনা নংবু হাৎনীংদে,
থবা মাগী মগুঙলাং
তরংলেনগী মকাদা
লোইরঙ্‌ শিঙ্‌থোঙ্‌ ওইজরোই,
অসী হায়না নোঞ্জরো
নথরায়হ্‌ কনবিগে।
নত্রবদি নারাংবা
তাইবং চেঙজেল নহাক্কী
ঙসি লোয়রে খঙজৌহে।
থাগোই— ওইরোইদৌবা ঙাঙহ্না
নামৎ মাঙহল্লগৠ।
কংলৈ মচা থাগোইনা
কাইরঙ মচা পাবদা
শম্না মফৈ অমাফাও
শমায় লৈরোইদবনি।
লোইরে ঐগী শেমশাবা
নঙগী থৌরাং তৌজরো।

তরংলেন— চঙঙ্ পেতো মেংখায়য়ু,
মসি লোইশিন্নুজোহে।

(পেতো মকি শেন্না শেন্না)

পেতো— কংলৈ মচা কংথোয়বা,
ননীংগোঙদি গোঙ গোঙ-লাও,
লৈরম্মুদো শরীশো।
নন্না নুংশা তক্কনা
নকোক কাংজেই চাথোক্কে।
নহাদে—পেতোদে—

( মথুং নাম্ব নাম্বনা মকৈ থাক্তা পোপ্ পোপ্ ফুরগা মুক্তা শাবান্দা মথুং য়েং ভিংথোক্না হোচিন্নকই থাগোইনা ভিংথোক্লক্লিবা মথুক্ ফাহুনা কন্না হেক লৈথংপদা )

পেতো— অয়ো ইমা! ঐ শিরে
নপারী পেতো লৈত্রে।

( হায়দুনা থাঙবা ঙমদদুনা থাগোইয়োমদা মচুং ওথোক্লকই—থাগোইনা পেতোগী নীংগোঙদা মথোঙ্না কাও-ইন্ ইল্লকই—পেতো তরংলেনগী মথোঙ মযাদা পত্রাক তুরে )

তরংলেন অচ্চা! খঙগনিদো নঙ,
খূউ শেন্না লৈজোহে।
লাউহে পেতো, মহাক্না
মায়োক্লবা চোপত্রহে।

( ফজহুনা চৎখি—পেতো থাগোইদ পেহৌ পেহৌ য়েংশন্নগা মতুং হন্না য়েংহুনা চৎখি—থাগোই কাক কাক নোকহৌই )

৪শুবা উৎপা

# কাহৈরও

## কৈরুওবগী মরানয়ায়

মকম—লৈকোন

মতম—চুমিদাংবাইরম

( চিগোংলৈ নাচোম অমা য়েংলগ য়েংলদুনা থবামানবী ইশৈ শক্লি )

### ইশৈ

হা চিগোংলৈ, চিগোংলৈ !
শনা কাওক্রম মানুবা-লৈ !
লৈরাং নাচোম শেম্না লৈ
তখেল্লেগী লৈপুল্লে।

শাইগী মতেং পাংন-লৈ,
নাপ্পা চোম্না ঙান্ন-লৈ ।
মোম্লুই তুংয়ান শমজি-লৈ
মাঙ্গা মীৎয়েং লোক্ল-লৈ ।

তখেল্লেদা ওঙহুনা
নাচোম লৈপুন ওইবী-ও,
লৈরাং নঙগা পাংথকপী
শাইনোল্লকী লৈরাংসু

ফুংশি মাগী লৈশাদা
মোম্ল ই লৈশা লৈচঙ্গ

লৈ-না লৈ-না য়েনবা
নাচোম লৈপুন ওইগেকো।
(কবোক্লৈ লাকই —তফিং তফিং কৌরকই)

কবোক্লৈ— ইতা হায়বী নওবুনে—!
থবামানবী— ইতা, কৈদোরবগে?
কবোক্লৈ— মুংঙাই-থোক্লি নঙনদি
নশাবী নমান মচাদি—
থবামানবী— হায়য় ইতা কৈদোরে,
মাবু কৈদোরবগে?
কবোক্লৈ— মহাক অদো ফাথরে।
থবামানবী— করম তৌনা কনানা?
কবোক্লৈ— নিংথৌরেনগী মমোম্লোন
শজীক্লোয়না ফাগ্রেনে।
থবামানবী— অওইব্রনে ইতারোই?
কবোক্লৈ— অওইবনি ইথোয়নৌ।
শকথঙনবা মুমিত্তা
লৌমী ময়াম্ চঙহনা
মাবু ফারে হায়রগা
কাদাম্বদা কংখিবা
মুমিং অত্থুদনিনে।
থবামানবী— নিংথৌরেনগী মমোমগী
ফিজী ফিনা করম্বা
নেংলু-লাক্লুরবগে?

নীপা পনবা য়াদবী
শক্তীক্লোয়নি হায়না তায়
হায়য়ু ইতা করম্না ?

কবোক্লৈ— নীপা পনবা য়াদবী
অত্থুগুম্বী শক্তীক্লোয়
মাগী মশক্ উবদা
অমুক্তোইনা ভাগুরে হায়।

থবামানবী— ইতা অত্থু ওইর'দি
মাগী মপু ওইনবা
মাবু মানা ফাবরা ?

কবোক্লৈ- মানি মানি ইতারোই,
মপুরোইবা ওইনবা
মাবু মানা ফাবনি।

থবামানবী- - কনাদগী কম্‌দোনা
তারক্লিবা রাফমনো ?

কবোক্লৈ- - ঐগী ইমানু অমথকু
কংলৈ কোন্থুং থল্লিয়ে।
নঙগী নমান মচাবু
ফাখিবগী মরমদো
ঐনা খঙনীংমন্নুনা
লোন্না হংঙি মঙোন্দা।
মানা তম্বা রাফমনি।

থবামানবী— করম তৌনি অতুদি
ঐগী থরায় হকচাংদি
কথোকচঙ্গে মতোন্দা।

কবোক্লৈ— করম্নদি তৌরুনি
মাবু হুংশিঞ্জরুবা
নরান্নংনি নহাকী।

থবামানবী— ইতা, অতু ওইরুদি
মাগীদমক য়োক্লিবা
ঐগী থরায় হকচাংসে
কনাদস্তু কথোক্লোয়।
মশুংলাংগীদমক্তা
ঈরৈমদা কৎখ্রগে। (চৎকে তৌই—কান্না)

কবোক্লৈ— নতৌ য়েংগে তৌবনি,
ঐগী রাসে তাখোনে।

থবামানবী— হায়য়ু ইতা, করিনো?

কবোক্লৈ— চাংদম্লিঙাই লৈত্রনা
চঙখোল্লবী, নিংথিবী
নিংথৌরেনগী মমোমদো
হন্না য়েংবা তৌদনা
কাওথোক্তুনা চৎখি হায়
অতুনদি ইতারোই,
নশুংলাংগী নম্রদো?

থবামানবী— ইতা হায়বী অসীমা। (কাপ্লদা লোকচৈ)

কবোক্লৈ— অতুগনে মহাক্তো,
ম্না কৈথেল-ময়াঙ্দা
কোক্রোবগা লৈহৌই।

থবামানবী—ইতা অওইবরনে ?

কবোক্লৈ— থাঙ্গশেংনা উরকই।
করিগুম্বা লাক্ল'দি
অথেন-পোংকা কত্তুনা
লুনা চান্না ওকচৌকো। (চংকে তৌই)

থবামানবী— ইতা হায়বী অসীমা।

কবোক্লৈ— (লৈশিল্লক্তুনা) ইতা, চেক্তি চেকৃশিঙ্জৌ,
শোয়দনবা হোংনজৌ।
শজীক্লোয়না ফানবা
মাবু তান্নরিবনি।

(চংখি—থবাম্বু ময়মদা চংকে হায়দুনা মমায় লৈথোক্লক্লবদা মায়কৈ য়োমদগী পোংয়োম অমা পুদুনা চৈত্ত পাল্লোইনরবা কোক্রোবা কো তোলোক য়েত্তুনা নোমহৌ নোমহৌ লাকই—থাম্না কোরকই)

কোক্রোবা— হা অপেমা হায়পী-ও,
অপু লাক্লে থপা-ও।
হৈরাঙ্ লৈরাং পুরক্লে। (পী—লৌ)

থবামানবী— ইপুই তোলোক অসীদি
ফজখ্রেদা, পকৃচৈদা।

কোক্রোবা— হী হী ফচপয়নে ?

থবামানবী— ফজৈ ফজৈ, চখোল্লি ।
ইবেন থিবা য়াখিনি ।
কোক্রোবা— নপেন থীপা হায়পকো ।
থবামানবী— হোয়নে হোয়নে মানিনে
কোক্রোবা— চরোদহে, য়োংসীকা,
নহাঙৈতি থীতেনে
হন্নুরগা থীরেনে ।
থবামানবী— আ হা হা হা হা ।
নহা ওইরিঙৈদদি
ইবেন থিহৌদরগা
হন্নুরগা থিরবা ?
কোক্রোবা— য়া—নাত্রা শেন্ত্রানপী,
নহা ওইরিঙৈততি
থীতে হায়'দি মশক্তো
ফচৈ, নুংশি হায়পনি ।
থবামানবী— হন্নুরবা মতমদা
থিরে হায়'দি করম্মা ?
কোক্রোবা— হন্নুরপা মতমতা
থীরে হায়'দি ফচত্রে—
নপু কোক্রোপকীতি
নপেন্ পেম্মা কোক্রোপী,
হৈপীকুম্মা মউন থুই

মশা কোন্দ্রোক কক্লাক্লে
কম্লে, ফুম্লে হান্নপদি।

থবামানবী— অঙ্‌ অঙ্‌! মাত্নু ওইরেকো।

(লৈপাক্লগী তাবা লৈ অমা খুনগত্ত্না কোক্রোবনা হায়রকই।)

কোক্রোবা— লৈরাংসৌতি ফচৈত্তা
নহা ওইরিঙৈকীতো
নীংতুম নীংশিল্লকইতা। (মনম শূৎ শূৎ নমই)

থবামানবী— লৌজৌ, লৌজৌ পাম্ল'দি।

কোক্রোবা— লৌচৌ লৌচৌ হায়পরা?

থবামানবী— হোয়নে হোয়নে লৌজৌনে।

কোক্রোবা— থপা নঙপু শাউনিত্তা।

থবামানবী— লৌজৌ কৈস্নু শাউরোইয়ে।

কোক্রোবা— লৌচপেকো, শাউহুকো।

(হায়দুনা থবাগী মখোঙ খুজেং অনীগী মরক্তা চৈশূনা লৌশিল্লি—থবা খয়া চথোক্লগা)

থবামানবী— হন্নুথংদা কৈকাম্বা
ঙাওশিন্ ফৈজিন্নরি'নো?

কোক্রোবা— (নোক্ন্না) হী হী! নঙনা য়াপিপা,
লৌচৌ হায়ত্না লৌপিপা।

থবামানবী— লৈন্নু লৌজৌ হায়রগা—

কোক্রোবা— মৈতি লৈস্নু লৈতনা

করম ত্তোনা লোকনি।
নহাক চৎলু, ফুংকাদা
লৌচরুচো উৎমৈতা। ( লৈ শী )

থবামানবী— চাননা'তুম ফংজরো,
শীরবনে হায়বনে ।

কোক্রোবা— নমাই মকোক, য়োংশিকা
চানিংতেয়ে নঙ চাচৌ।

থবামানবী— লৈদো ইপুয় ওইজরো,
ইবেন ফজবীত্তুদা
চিনবিরুরো হায়বনে।

কোক্রোবা— হী হী। নপেন্ ফচৈ, ঊংশিচৈ।
য়াক্পু পাম্চৈ, মহাক্না
নঙপু পামকুম পামচৈতো। ( নোকই )

থবামানবী— হখুথংদা ঙাওরেদা।

কোক্রোবা— ঙাওত্তে, কৈস্সু ঙাওতেয়ে।
তিহোন্ তিহোন্ লাক্লিসে
পাম্চপনা অব্রা-ও।
অত্তে, নঙত্তি পাম্তপ্রা ?

থবামানবী— চয়োদহে কৈকাম্বা !

কোক্রোবা— নঙনা পাম্ত্রে হায়রকা
হায়তোক্লু্সু ঙাইতনা।
( মমার ওহোত্তুনা চৎপা হৌই— থবা শীংওদ্দহুনা )

থবামানবী— হল্লক্খোনে, ঙাইখোনে।

কোক্রোবা— হা অরিনো, হায়রোনে ?

থবামানবী— ইপূনরা নত্রগা

অতে কনাননোনে ?

কোক্রোবা— হৈপা। অপা-য়াল্লপী,

ইশূ পুত্তি অপুনা

উংতি-উংশি অতুকা

পামত্তি পামত্তে, পামহৈত্তে।

থবামানবী-- 'হুবু কনাননোনে ?

কোক্রোবা-- হুঁহুঁ, নঙকী হায়নপী

কংলৈ-মচা থাকোইনা।

থবামানবী— ঙুম ঙুম করি হায়রিবা ?

কোক্রোবা— য়া য়া পাম্মে, মা পাম্মে। ( চোংঙি )

থবামানবী— হায়রো তাসি হায়বনি।

কোক্রোবা— মহাক্ আত্তা ঐহোৎএ।

এঙোই, মানা নঙ পুনে

অসি-অহীং লৈকোত্তা—

( থবাবী মনাকোংদা জু জু ঙাংঙি )

থবামানবী ঙুম ঙুম। ( মঙক নোম্না ভায়, কোক্রোবনা অমুক লোম্না ঙাঙঙি )

হোয়নে হোয়নে হায়য়ুনে।

কোক্রোবা— অহ হ ! ( নোকই—কৈঙ্কংবনা কৌরকই )

কৈরুংবা— ইপায় ইমোম চরৈহল,
থবা নঙবু কৈদা লৈ ?
থবামানবী— 'সীদা লৈজে অপোকপা।
কৈরুংবা— ইপাদা তুক-লাউগবা।
কোক্রোবা— থপা অংহাক য়ারপ্রা ?
( থবা মঙক্ নোম্লগা চেনখি কোক্রোবা মমায় ওস্থোক্ত না চৎকে জৌবদা পেতো লাকই )
পেতো— হো। 'খোয় ইপু কোক্রোবাও !
কোক্রোবা— হা অনানো অংহাক্পো ?
পেতো— হো পেতোনে পেতোবা।
কোক্রোবা— পেতকোংনি হায়বকো।
পেতো— হো পেতোনে, মরুমদা
লোম্মা লুম্লিবনে।
কোক্রোবা— য়া— পেতকোং মরুমদি
আতা, পাত্তা লুম্মুচো।
পেতো— পোলেম মচা পেতোনে।
হো-পিবানা পোকপনে।
লাক্লিবা ঐ শাগৈনে।
কোক্রোবা— করি শা-কৈ লাক্অপা ?
পেতো— হোইনে, শাগৈ লাক্লেনে।
কোক্রোবা— অমাইপেম্মা কম্তৌনি,
শাকা কৈকা লাক্এ-হায়,
শাকৈ লাক্লে, হো চেল্লো। ( চেনগে তৌই )

পেতো— ঙাইখো ঙাওশিন্নজরু,
চৎলু মরুম অসিদা।

(কাম্বগা চিংশিনবি কোক্রোবনা
মমাঙ তিংখঙ্, মা মুম্বা য়েংলগা)

কোক্রোবা— নমাইমকোক, পেতোপা,
শোরেল অংহাক ওইরেগে।

পেতো— উশিৎতবা তৌজরু
নিংথৌমচা খন্দুনা
সনা পাম্বোম্ ওইরবা
মীন্নাইজ্রাউনি পেতো ঐ।

(মনপ্ নম্বচিং চিংখৎলি)

কোক্রোবা— আ হা হা হা হা।
খা-খায়নবী পে-প-তি
অহুম পেন্নি পেতোপা।
অঙপু পেতো কৌপতি
পেহৌ পেহৌ পেন্নকা।
তোপ্ তোপ্ তাপা ননপ্তো
নম্নেতুনা তাপ্ তাপ্ লাক
কূৎ কূৎ য়োংলি হায়তুনা
পেতো নপ্চা কৌপনি।

পেতো— ইপু ঙাওশিন্নরু,
মতা চারোইদৌরিকো।

ইপু ফারু হায়তুনা
ঐবু থারক্লিবনি।

কোক্রোবা— য়াকপু ফাকতৌরিপা ?

পেতো— উম, ফাদৌরিবনি।
হায়য়ু ইপু, থূপ্ কনু
ওসাই লমজাউ মন্নাসা
কংলৈ মচা থাগোইগা
অসিদনা থবাগা
চিবোন চিবোন ঙাঙ্ নবা
শেংনা তাকউ, থূপকনু।

কোক্রোবা— খঙতে খঙতে, ঙাঙ্ কনু।

পেতো— সনা হাকৃথঙ ওইতুনা
পেতো চাওরে হায়তুনা
কনুবা য়ারোইদৌরিকো।

কোক্রোবা— হুম হুম, তারোই, তাকথোক্লোই।
তাকপা য়াপা পোৎ অতে।

পেতো— মপূ্ সনা য়াথংনি
"মানা হায়দোক্লবদি
কোক্রোবগী ফারপা
ইকোপ্ কোপ্পা ময়াদা
ফীবুল কোক্ হেক্ লম্শিল্লু।
মথ্বাঙ নুংদুম থাংলগা

ঈরোম্নুংদা নমৃশিল্লু,
লেম্লে ঙামি থেম্নরু।"
কোক্রোবা— ইমাই পেম্মা য়াহাক্পো,
ইঙাক্ ইঙাক্ ঈন্নুংতা।
( কম্থখি—মখোঙ অনী শং তিংখোক্—মথুং অনীমা মতুংলোমদা শৌজনা নুংশা থবেং থবেং হোল্লুনা দৈ )
পেতো— "অতু নক্রে হায়রগা
কোলুদা কোক চপ্খাইরু!"
কোক্রোবা— হা! করি! কৈ তৌপা
কোক্রোপপু কোলুতা।
হা পেদো, হায়কন্নু;
নপূ শিপা হৈনতে।
পেতো— "শেংনা হায়দোক্লবদি
তন্না কোক্রো-কোক্রোবী
মালহৌনবিগনি" হায়।
হৈনদনা শিগেরা
মালহৌনগে হায়বরা?
কোক্রোবা— অপূ মালহৌনচকে।
পেতো— হায়রো অতু ওইর'দি।
কোক্রোবা— থাকোইননে থপাতা
অসি অহীং ঐকোন্তা
উনসিকো হায়পত্তা
থপানসু হোয় হায়পা।

পেতো— ইপূ, মাছু শোয়ত্রেকো ?
কোক্রোবা— হোয়নে পেদো, শোয়ত্রেনে।
পেতো— ঐনা হংঙি হায়তুনা
মখোয়'নীদা ইপূনা
হায়দোক্লুবা থোক্ল'দি
ননঙ্গনগী উন্‌শাদো
রাকথৌ কবাক থাতুনা
য়োংচাক খেৎকুম্ খেত্তুনা
পেতোবনা পেক্লগা
মোরোক মহী হৈগনি।
কোক্রোবা— 'য়ো'মা 'য়ো'মা। য়াক্ শিরে।
কূনূং য়ৌরে কোক্রোপা। (পেহৌ পেহৌনা)
হা পেদো, অপূংঙো।
কোম্বুং খন্‌পা মীনাইচাউ,
অপু চেঙ্গখ্রকেকো।
(চেন্‌থি — পেতোস্ সুমাঙলোমদা লাক্লি কৈরুঙবা লাকই)
কৈরুঙবা— মপূয় মনাই অচানবা,
পারী পেতো নত্তব্রা ?
পেতো— ননাই ঐনি অঙম্বা ।
কৈরুঙবা— করি ৱারম লৈতুনা
ইপাগীদা লাকপনো ?
পেতো— নাপ্পা চীক্লা অমতং
হঙ্গচ্চগে হায়তুন্‌া।

কৈরুঙবা— হায়য়ু তাসি কৈদৌগে ।
পেতো— ইপূক্লীংনা পামজবা,
অক্না অহেন অপ্পানুবা,
ঙাইঙমদেদা অঙম্বা ।
নমোম্'বেম্ম থবাবু
মজা'বুংঙো তরংনা
পামৃজবসে পামৃগ্রেদা,
'সৌনি হায়ফম খঙজদে ।
কৈরুঙবা— চানবিত্নুনা তৌবনি ।
করি থোইনা লমঙানবী,
ইমোম্ লাংলেন নত্তেদা ।
পেতো— "পেতো, চংলো হংলুচো,
য়ারবদি পুরক্লো" ।
হায়রদ্নুনা অঙম্বা
মীৎকূপ-য়াকা লৈতনা
তিক্রি খৎখ্রবনিদো ।
কৈরুঙবা— অত্নুনবু -"মপূনা
চানবা মনাই" হায়ত্নুনা
শক্ক শোম্নরিবনি ।
পেতো- খৎখ্রে খৎখ্রে অঙম্বা,
তিক্রি খৎমনূখিবনা
পেতো ঙাংজেংনরেনে ।
ইখ্ৱাঙদদি চেংদরে

চেংলে পেতো শেগ্রাক্তা।
পেতো ফিবম্ ফজরে।

কৈরুঙবা— চান্‌মন্‌বনা মপুনা
পেতো পায়বঙ হায়তুনা
মীনা কিনরিবনি।

পেতো— নমোম্ পুথোকপিরক্লো,
পেতো পায়জগ্রগেবা।

কৈরুঙবা— হৈনি লৈনি হায়তুনা
পাক হেক্ থৎপা য়াবরা।
ঐগী পুক্নীং থক হোংলোই,
ইমোম থবা মানবীবু
নবুংঙোদা কৎকনি,
অতুম লেপ্লি হৌজিকসু।

পেতো— ঙসি হয়েং হায়তুনা
নোংশাংহনবিরক্সুদা।

কৈরুঙবা— কর্‌মদি তৌগনি—
লৈগদৌবী মানদি
মাই ঙমজরোই হায়তুনা
কন্না শিথাং মথাঙলি।
রাঙাং হৈবী কয়াবু
থাজিন্দুনা থেমূহল্লি,
শন্না মফে অমফাও

মপুক ওনরা মরৈরেে।
ঐবু কমদৌ হায়বগে?

পেতো— লৈগদৌবী নমোয়া
য়ানীংদরবনিনা
অঙম্বস্নু য়াররোই,
হায়বিরিবু অসীরা।

কৈরুঙবা— হায়রি'সিনি ঐগীদি
ইমোম মদোম পোকপীনী,
ফৎত-তুংদ খোল্লগা
মাঙজদৌবা ঐতনি।
মাগী মপুক ওন্দ্রিরৈঙে
নমৃজা নমথেক্লতুনা
মাবু থাজ-য়োঙবা
কৈদৌনুংদা ঐ ঙম্লোই।

পেতো— অতু তাকপিরবদি
মপূ সনা য়াথংনি
লেঙ্বা তারে হৌজিককমক।

কৈরুঙবা— ফৈনে চৎসি কৈদৌপে! (কৌরগা)
ইপায় ইমোম ইবেম্মা!
থবা নঙ্বু তাররে?

থবা— (মনুংদা) নমোম ঙৈজে তাকপিয়ু।

কৈরুঙবা— ইপায় থুংশু কবাকৃথাঙ
ইপাদা তুক পুরকউ।

থবা -- পুজরকে অপোকপা।
পেতো— নমোম লাংলেন থবানা
য়াদবগী মরমস্তু
অতা-অউ খর লৈ,
হঙ্গৎনীংঙি মাহুস্তু।
কৈরুঙবা— হায়য়ু তাসি করি লৈ?
পেতো— সনা মাঙদা হংগৎকে।
কৈরুঙবা— লোইনা তেংনা হায়দোকউ।
নংত-ওইদা হায়রুদি
কৈরুঙবগী কবাক্ থাঙ
রাপ্রামদি শাদেকো।
(থবানা মপাদা থাঙ পীরৈ লৌরগা)
কৈরুঙবা - মপূ সনা য়াথংনি
ইপা কোম্নুং কাক্লগে।
চৎলু চঙঙু ইমুন্দা।
(কৈরুঙবগা পেতোগা চৎখি - থবামানবী য়েংথোকখিবদা খোইমূনা লৈরাং লৈহৌ চুপ্পা কেক উকরে—ইশৈ শরুকই)

**ইশৈ**

মাপ্পা মায়োক্লহুনা
অপাম্ব লাম্দা থুরবী,
লুংজি তেম্খিংনহুনা
লৈরাং পোমশাহনক্লিবী!

নশাবীগী গুম্ফৎয়াই
কয়া ময়াঙ্গী কনবনো ।
মুংশি তেমথেঙ অকনবা
নোম্নোম নোম্নোম খাঙ্‌ল-ফাও
পুংলোন-জগোয় শাত্না
নশাবিবু মওক্‌চৈ !
করি মচুংশিনোনে !
মুজা ঐনা মিতাজৈ !
( ইশৈ লোইরবদা থাগোই লাকই।

থাগোই— অরা-মুংঙাই অনীগা
খোঙলোয় খোঙদামিন্নবা
মীওইবগী পুক্নিনি ।
মাঙ্‌দনদি অমগী
চাউখৎতেদো অমগী ।

থবামানবী— তাকপিনীংবা তাকপিয়ু !

থাগোই— চাউখৎনবা নুরাগী
অসুম্‌ মাঙজখ্রগে ঐ ।

থবামানবী— করি পাওমেন কৌবগে ?
মাঙ্‌লে মাঙ্‌মিন্নগনি
শিরে শিমিন্নগনি ।
অরা-মুংঙাই পুক্নিগী
লোয়না-লোয়িন ওইবীনি ।

থাগোই— নত্তে, নত্তে ইবেম্মা,

তায়োন্নবিরগনু।
নূরা নঙ্গী খোঙ্চত্তা,
চাওখৎলমৃদা পম্থিংবা
মরাল লৈবা ঐহাক্না
অরানুবসে ঙাকপিরো।

থবামানবী— ওম্থোকপা রা তাকপিরে।
নীংবি মুংশিবির'দি
মাতুম্না থক তাকপিনু।
মুজায় থম্মোয় ওইবনা
খাঙবা, লৈবা ঙমজদে।
ঐগী কাদা পাখঙ্গী
করি নরাল লৈতুনা ?

থাগোই— ইরাল হায়'বু ইবেম্মা,
ইমীৎসীনা নুরাগী
মুংশি চেংলৌ উতুনা
অপাম লাংদা থুখিবা ;
নূরায় পুন্সি খোঙচত্তা
শৌরাং কুণ্ডনা থাক্তুনা
চৎন-লম্বেল থিংখিবা,
খাবা মচা থাগোইগী
কয়া চাউবা ইরান্নো ?
থবামানবী— নত্রে নত্রে তোক্পিরো
তাবা ঙমশিল্লক্তরে।

মাতুয় শরুক হায়বিস্নু,
নতীক নপা মতুনা
থীক্লেম্নবী নহাক্না
কোরৌ তম্ফা য়ায়রংচান
থাবু লামজরুবগী
নরাম্নংদি রাজরো।

থাগোই— নুরা নওবু তপ্‌থখো।
লাইজ ঈশিং ঈচেনগা
নুপীশিংগী রাখনুগা
অকুৎপতা মতম্‌থৈ,
নুরা মসী তাগনি।
লৈবাকাদি মবেম্মা
লৈমশীংদা চন্দোবী
লাইবক্‌ ফবী নহাকপু
ফদি ফরা শেতুনা
চাক্‌থোং লুথোং পুবগী
লুরেল কোইতাংনহনা
মপোক্‌মা করম্না
রানা লোম্‌হল্লসিগে!

থবামানবী— মাতুইদমক ওইরেকো
ঐবু লৎনবিরিবা?
মীওইবগী মপোকপু
অস্‌ম ওইরে থওবরা।

রাছনতা লেনুগ্যরা,
মুঙাইদ্রবা পানুগরা !
থাগোই— য়াইক শীংদা চন্দুনা
হরাও-মুংঙাইনবগী
শীওইবনা পোকপনি।
য়ানা নংনবগী
লাইবক শীননবগী
পোকপা নত্তে শীওইবা !
নুরা মাসী খঙবিয়ু।
থবামানবী— মুংঙাইনবা পোকপনি।
ঐসু পামজ্জে মুংঙাইবা।
নীংবা থুংমুক মুংঙাইবা
অত্তে করি লৈবগে ?
অসীগুম্বা মহুংঙাই
নীংজরিবা নহাক্না
ঐবু থুংহনবিয়ুনে।
থাগোই— লেপ্পু লেপ্পিরবদি
লাইবক থীবা ঐগীদি
থুংলা নোংদোল ফংবনি।
থবামানবী— ঙবু ঙজরবদি
মুংশি নওগী মায়থোঙদো
নোংগাংজবা লৈতবা,
লৈজরগা ননাক্তা

তরায় মথা থাজগে
মণ্ডায় মরুম থুপচগে।
নীংজরিবা 'সীদদি
থুংহনবিয়ু পাখঙ্না।

(চেনশিন্নকুনা থাগোইগী মখোঙ ময়াদা তুপখ্রে— থাগোই, থবাগী মখুৎ পায়দুনা চিংখৎ চিংখৎনা)

থাগোই— হুরা নঙগী অনীংবা
অনীংবনি ঐহাক্কী।
অপাম্বদো নহাক্কী
অপাম্বনি ঐহাক্কী (চিংখৎপী)

থবামানবী— অত্থু ওইবিরদি—
থাগোই— থম্মোয় থম্মোয় পোম্বা থা—
থবামানবী— য়াইবি য়াইবি য়াইচন্ন—
পান্নফমগী তাইবংদা—

থাগোই
থবামানবী } পানমিন-শিমিন্নসিকো।

থাগোই— মালেম ঙানবা থাজনা
থবামানবী— অতা-অউ-ওইবিহো—
তাইবং পুন্সি খোঙচত্তা—

থাগোই— খুজেঙ পাল্লোইনজরে।

(হায়দুনা অনীমক্কী মখুৎ অনীমক য়েংকা ওয়গা, ওয়গা য়েংকা পায়নরে— হুংশি হুংশি য়েংনজ মীংনা মায়খোঙ লোক্লবে— থবামানবীগী মকোক মশা-বিগী থবাক তমা ঙাথরক্লি— মতম অপি মক্তদা কৈরুঙবা, পেজোগা লাকই)

পেতো— মীৎয়েং অতুক তাবিয়ু,
'সীবু হায়শিন্নবরা ?

কৈরুঙবা — থবামানবী, অচচ্চা ।

( হায়তুনা কৈরুঙবা হোচিল্লক্লি—অনীমক তথক তথকই—পেতো মীৎথহৌতুনা লোম্না উরক্তা চঙখি—কৈরুঙবা য়েরক্লে )

ইয়া, হায়বা ইন্দবী ।
নঙবু পোকপা নপাগী
মমায় য়েংনা চৎভবী ।
চঙঙু চৎলু ইমুংদা ।

( লাকতুনা চিংঙি )

থবামানবী— থাদোকপিয়ু অপোকপা । ( খাঙঙী )

কৈরুঙবা— অচ্চা, লম্কোন-তুহেনবী ।

( কন্না চিংঙি )

থাগোই— লৈপাক্কীদি ফম্নাইবা,
নিংথৌ ঙস্বা অঙস্বা,
নমোম লাংলেন থবাবু
পূকৃথা লিনখা থাবিন্নু ।
ননাই ঐগী ইরান্নি,
পীবিনিংবা চৈরাক্তো
ইকোক্ থোঙনা য়াজরি ।
( থবাবু চিংখোক্লগা অনীগী মরক্তা কৈরুঙবা লোমদা মমায় ওনাখন্দুনা খুঊ লৈতানা লৈয়ে )

কৈরুঙবা— অচ্চা, মতোয়নরহে ।

খূয়া খাগী নাইগুম্বা
ঙাঁংকুম্নবা নঙনসু।

( নাকন্দগী থাঙ শংকে তৌরি )

থবামানবী— ইপা'বুংঙো অপোকপা।

( হায়দুনা হোচ্চিন্দুনা মপাগী মখুং ফারগা )

মাগী মরাল নত্তেনে,
নমোম ঐগী ইরান্নি,
ঐগী য়াইবি লৌবিয়ু।

কৈরুঙবা— চায়থোকউহে লম্মোনবী।

( কন্না ইল্লী—তুই—হৌগৎলগা অমুক ফার

থবামানবী— মশায় মরাল লৈত্রবা
পাখঙসিবু হাৎল'দি
ইপা'বুংঙো অপোকপা,
নমোম্ কৌবা ফংলোইকো।

কৈরুঙবা— করি! থবা কৈদোবা!
মাগী মতুং ইন্দুনা
নঙসু শিনি অসৌরা?

থবামানবী— থরায় মিরেল কাংলবা
তাইবং মৌগী হকচাংনা
হিংঙি তাবিরবরা?

কৈরুঙবা— মপা ঐগী চিন্থক্তা
শাথিথোক্না খুম্ব.হে।

( ইন্নী—থবা তুই—মুক্ হৌগৎতুনা
মপাগী মমাঙদা লেপ্পী )

থাগোই— হুরা থবা কাইরঙলোন,
নপাবুংবু ইবেম্মা
অমুক পম্থহল্লন্নু।
ইপোৎ ফানা ইরান্না
মাগী কাদা য়োল্লবা
ঐগী য়াইবি লৌহন্‌সি।

কৈরুঙবা— করি, লোম্থ্রপ্পরবা,
হূরান শাজৎনরবা
উৎকুম্লবা নঙনস্থু
কৈরুঙবগী ইমাঙদা
মায়রোং য়ানা লেপ্পহে।

থাগোই— খাবা মচা ঐখোয়দি
ইমায় ওন্না খক চেন্দে।
খোদোক রাথোক পুম্নমক
মায়রোং য়ানা লেপ্তুনা
মায়পুনজৈ ইশানা।
তৌবিনিংবা তৌবিয়ু,
ইমায় ওন্না চেঞ্জরোই।

কৈরুঙবা— অচ্চা, নঙগুম্বনস্থু
( হোচ্চিন্দুনা খোঙপাক্লা কাওই )
খাবা মচা খৌদ্রিব্রা ?

থাগোই— অমুক্তস্থ নত্তনা
চাস্রক্ হন্না কাওবিয়ু।
ইপাগুম্বা নহাক্কী
খূয়া উফুল শেংলবা
ফংজত্না ইশাদা
মপা মশাক খঙত্রবা
পানাইদ্রবা থাগোইগী
ইরাল পূম্বা কোক্চরে।
কৈরুঙবা— মপী মপা অনীনা
নাউকোল্লবা মচানা
মীথোঙ হূক্পা হৌনব্রা ?
নঙ্‌বু পোকপা পম্থোস্থু
মথোঙ কয়া চারম্লোই।
থাগোই— (শাউনা) অচ্চা। করি কৈরুঙবা
থৌগল্লোনচৎ খঙত্রবা,
লোন্নাইদ্রবা লোয়াদা
ঙাঙ্‌গদবা লোনচৎপু
স্নাথৈময়োন অসীদা
অঙম্বনা ঙাঙত্রহে।
কৈরুঙবা— নচীন্ নৱৈ কেন্নবা
রাঙাঙ্‌ শাঙাঙ্‌ শূন্নুকো।
থাগোই— খঙজহৌহে কৈরুঙবা,
লোন্নাইদ্রবা নহাক্কী

তমথিরবা খোঙপাক্তি
নোক্লা নোক্লা লেপ্পুনা
ওক্পা ঙম্মী থাগোইনা।
পীবন পাবম্মরদি
শুক্খাঙ্ খাঙ্বা মঙম্দ্রে
কৈরুঙবা— কয়া কুইরয়োইকো নঙ।

থাগোই— পন্থৌ মাগীদমক্তা
ঙসি ফাওবা থাগোইনা
কঙাওননা কোইচৎ-চৎ,
কায়নবগী মৈরক্তা
ওন্ন-থোইনা খাঙ্লিবা।
অতুগুম্বা পন্থৌবু
অমুক্ পল্লক্লবদি—
কৈরুঙবা— অমুক্ পল্লক্লবদি
করি তৌবা ঙমজনি।

থাগোই— ঙম্মি, নঙক অতুদা
থূজীল তরামক্সীনা
থুম্মা য়ৈশীঞ্জরগা
নকোক অতু ফোয়দৎপা,
নথায়াত্তু ফাক্লগা
নচীন্থীবা নরৈদো
লৈখোংদগী থদৎপা।

কৈরুঙবা— অচ্চা, নঙগুম্বনসু
কৈরুঙববু 'তুক নানা।
( থাঙ শৎতুনা হোৎচিল্লী )

থবামানবী— নত্তে নত্তে অপোকপা,
পায়মা লিংজেল খাবিসু।
( মপাগী মাঙদা লেপতুনা মখূৎ তিংথোকতুনা থামৈ )
পাখঙ পম্বৌ অনীগী
মুক্নবগী মৈরক্তা
মিপাই-চাউবী থবাগী
থরক হুনবী থয়ায়না
হিংজতুনা লৈ-ঙমদ্রে।
য়াথোক চাউবী নমোমগী
ইঙক অসী কক্লগা
পম্বৌ, য়ানেম্বিরোবা।

কৈরুঙবা— চায়থোকউহে চৌম্বীবী!
( ইথোক্লগা হোৎচিল্লী )

থবামানবী— পম্বৌ।
( হায়তুনা কুক্ হৌগৎলগা মপাগী
থাঙ পায়বা মখূৎ কাতুনা থম্মী )

কৈরুঙবা— হায়— পানাঙ্গী পীনাইদরবা,
চৎখ্রো চৎলো হৌজিকমক
তন্না খোঙদোয় হুনখ্রো হে।

থাগোই— আহ! অমুক হন্না পল্লবা।

লৈরম্মুহে কৈরুঙবা
খুজীল তরামকসীনা
নঙক অত্থ খদৎকে ।

( ভাঙনা ভাঙনা হোচ্চিল্লক্লি )

খবামানবী— ভাইখো পাখঙ হাখিস্থ ।
(পেত্তো চেম্বোরক্সুনা থাগোইগী তুংলোমদা হোচ্চিল্লক্লগা থাগোইগী মকোকতা চৈত্থরা থারে—থাগোই অকায়বা মকোক পায়স্থনা তুথব্রে)

খবামানবী— মাঙলে মাঙলে করম্নো । ( পেত্তোদা )
মীনাই মচা লৈরম্মু ।
( তাম্নে পেত্তো চেনখি—কৈরুঙবনা ময়ুম-লোমদগী মনাইশিং কৌরি খবা লৈশিল্লকস্থনা )

খবামানবী— শাবি 'বুংঙো মুংশিবা,
থংলেন মাঞ্জা পাম্মুবা,
নাইতোম তাবা নহাকপু
নূরা ঐগী ইশুংলাং
খরায় মাঙলবরনে ।

( থাগোইবু কোনখৎলগা )

শাবি নঙদা করিগী
নাইতোম তাজরুগনি ।
লোয়ুম্ নঙগী লোয়্নবী,
লোয়য়িন খবা মানবীনা
মাঞ্জা নঙগী নমাঙ-থা

য়োমিন্নগদৌবনি
খন্নুং লৈবাক লাইরৈপাক।

কৈরুঙবা-- কয়াই মতীক মহাক্না
ঐবু উশিংত্রবনো।
চৎলু চৎলো লম্মোনবী।

( মথুৎ পাম্বতুনা শ্রো শ্রো চিংঙি )

থবামানবী— থাদোকউনে অপোকপা,
পাম্মু কায়নরবীনি,
থাদোকউনে অপোকপা।

কৈরুঙবা— চৎলুনেহে চীস্বীবী।

( শ্রো শ্রো লাক্লা চিংশিনথি—কৈরুঙবগী মনাইশিং চেম্বোরক্তুনা থাগোইবু মখোঙ মথুৎ পুনশিল্লে )

## বনৌত্তবা তাংকনু

১নম্বা চুংপা

### কংলৈ কোনুং

রচনা— শজায় শুম্মাং

সুরা— অমুক চাক-চাম্বাং

(শজীক্লোয় শুম্মাং মতোম্দা মতোমতা লেপ্লবা ইশৈ শক্তি )

**ইশৈ**

থম্মোয়নদি য়াংলুরে
লাইবকদি লেম্লে।
মীনা অমা নীংলগা
নঙনা অমা তম্বসে

হা নোংদম্বা নহাকী
নোংদম্খোল্লা অসীবো!

পোকপা শিবা পাম্নবা
মঙগী নোংদমু ওইর'দি
পান্মিন্নরোই-দৌবনু
পাম্নর্মিবি কন্নিবী?

নীংবা কান্নবৈ কুন্দোনু
য়েংনিংবোইকো নোংদম্বা!

( নীংবা কান্নবা মমায় লৈখোকতুনা চংপা হৌরক্লি—কোন্দীরে শজীক্লোয়বী মতুংলোমদা লাকই—মবেম্মবী মতৌ য়েংবদা পাক কোৎনবা চেজল্লে—অমুবু )

কোম্বীরৈ— নুরা মজ্জা ইবেম্মা,
ওয়গী তক্ষা রাংঙম্রোন্ ।
**(খজীক্লোয় থুম্লমদনা চৎথি—কোম্বী হুংঙাইতনা লৈরি মনাই অমনা থোগল তৌদুনা কাদাম্বা লাকই )**
কাদাম্বা— ইপায় ইমোম কোম্বীরৈ,
কৈদৌরগে ইচাবো
হুংশুক্ হুংজানববো,
নবেম্মনা চৈহৎপ্রা ?
কোম্বীরৈ— ননাই কোম্বী কৈদৌদে ।
কাদাম্বা— হায়য় ইমোম্ ইপাদা
নবেম্মনা করিগী
তাংজ মায়থোঙ্ খে-গুম্লাং
চানি-থকনি থঙ্দনা
হুংনাংননা লৈববো,
মনীং করি থুংদরে ?
ইমোম্ মদোম্ পোকপীনি,
মাগী মায়থোঙ্ য়েংদুনা
হিংজরিবা ঐহাক্সি ।
মাগী অরাবদদি
ঐনা য়েংবা মঙম্দ্রে ।
কোম্বীরৈ— হংগৎলসু রাতাথী,
হংগৎতরে রামাঙ্বা
রাফম্নিদা ইনিংথৌ ।

কাদাম্বা— হায়য়ু কোম্বী ইপাদা
করিমতা চিংনম্ন ।
মাগীদমক্তনিনে
ঐনা হিংদ্না লৈরিসে ।
কোম্বীরৈ— সনা নাকোং য়ৌবদা
হুংঙাইবা ব্রা নস্তেদা ।
কাদাম্বা— নঙ্না মাতুম হায়রগা
তানীংলক্লে থোইনতুম্ ।
হায়য়ু লোইনা হায়দোকউ ।
কোম্বীরৈ— নোংমা কাইরঙ্ লোমীনা
ফারক্তুনা পুরক্পা
পাখঙ্মচা অতুবু
নমোম 'বেম্মা তস্কানা
খোয়দাবগুম তৌবরা !
কাদাম্বা— করি, কোম্বী কৈদৌবা !
পানাঈ পীনাইদরবা
লোমীমচা অতুবু
নিংথৌরেনগী মমোম্লোন,
শজীক্লোয়না খোয়দাবা !
কোম্বীরৈ— "মহাক্তুবু নত্তনা
কনায় চেংলৌ য়েংলরোই ।"
ব্রাক্ষম অসি পন্দুনা
নমোম 'বেম্মা ব্রাশকথ্রে ।

কাদাম্বা— করি ! ঐগী ইমোম্মা
নাইগী মনাইগুম্মবা
লোমীমচা অহুবু
মপুম্মোইবা ওইখনি
শরী পম্লোম্মোমগ্রবা !
মাঙ লেদনা করম্মো !
কোম্বীরৈ— লোম্‌খ্রে, লোমখ্রে ইনিংথৌ,
শরী পম্লোম্মোম্‌খরে ।
পূকচেল চেংপী নমোম্মি,
পন্নৈ হল্লু য়াররোই ।
কাদাম্বা— ঐনা তারে হায়রগা
ঐনা মাবু শাউগনি,
কৈদৌম্মুংদা য়াররোই ;
অসীগীরা মহাক্না
মায়থোঙ্ লাংশিল্লিবদে ?
করম তৌনি, ঐনদি
মনাং তমজে হায়দোকপ্রে !
কোম্বীরৈ— সনা পূক্লীং ওল্লরে,
মতুই নত্তে ইনিংথৌ ।
কাদাম্বা— করিগীনো হায়দোকউ ।
কোম্বীরৈ— মানা নজা 'বেম্মবু
শুকয়া মম্নাখিদরে ।
মাই শামজদে শুমজরোই,

পল্লক্কম্ হায়ব্লা
ফ্রঙ্-ফ্রঙ্ হেক্তা কম্বোকই।
কাদাম্বা— হা হা হা হা হা!
নাম্মৈ-চরা-শক্লবা
উৎতা তুরে হায়রগা
রাইদা হোৌগৎলক্লবা,
মপী মপা খঙ্ত্রবা
লোমীমচা অম্বুনা
নিংথোৌরেনগী মমোম্বু
পামদে লোইরোই হায়রবা!
অঙকপনি তাইবংপান!
কোম্বীরৈ— মযুম মকৈ থিজ্লনা
মাগা ঐগা উনরে।
মখোঙ্ খূয়া কোল্লুদে
হায়বমখৈ থাক্লগা
চাত্রক্ হন্না হায়জরে।
মানা কন্নি নাচুংদে
থৌরা ওইনা তাবিদে।
অমুক কন্নি হায়গনি
মপূই সনা কোশুংদা
ঙাইহাক্তম্ চৎলুসি,
হায়বাফাওবা ময়াদে।
কাদাম্বা— অচ্চা! মাওম্বনম্

কংলৈ স্নাপূংময়োনগী
কাদাম্ববু উশিংত্রবা।
কোম্বীরৈ— মরম্ অসী লৈবনা
ইকায় থুংশি য়াম্লনা
নমোম্ তম্ফা য়াঙম্লোন্
তরা চীন্দমখিদরে
লাইজা ইপাল্লাংখিদ্রে।
কাদাম্বা— চৎলু ইমোম্ নহাক্লা
নবেম্মবু থেম্জিল্লু।
য়ারবদি ইবেম্মা
মাগী রাখল থাহল্লু।
তিংলীগুম্না লৌওনহল্
খারাগুম্না মিপাইহল্
মশুঙ মমান্নবদা
য়াইথুংনবা থেম্জিল্লু।
কোম্বীরৈ— মাগী মমা নত্তনা
মীরা মীপাউ তাত্রবী,
নমোম ইবেম্মনিনে।
মাবু ফারে হায়রগা
য়াননবা থেঙ্গিয়ু।
মানা ময়াদরগা
নিংথৌ মচা অমগী
মমায় খুদোল অমফাও

য়েংনা চৎত্রবত্নবু
মপুয় চৈরাক পীত্না
কোয়না খুঙ্গোইনবিয়ু।
মসীমদি খঙ বিয়ু
মাবু নাঙ্খোকখ্রবদি
নমোম তম্ফা শঙ্গীক্লোয়
হন্দকমুক্কী মপোক্তি
মৌগীশীংদা চল্লরোই। (চৎখি)

কাদাম্বা— (মনাইদা) চৎলু তয়ুম হৌজিকমক্
কোম্বীরৈদা হংলগা
দোলাইপাবা পুত্না
মাবু তন্না ফারুচো।

মনাই— নোংদম খোন্নি ইনিংথৌ।
(চৎখি— কাদাম্বা কোয়চৎ চৎতুনা
থাখল খল্লি—কাইরঙবী কৈরুঙবা লাকই)

কৈরুঙবা— কংলৈ পুংগী পুমারেল্,
ঐবু লোইবা লৈমাবা,
নরোয় কাক্য়েন্ ঙম্বগী
মনাই কৈরুঙ্ পুরেম্না
ঙক্তা চরৈ থোংত্নুনা
য়াদা হুম্লাং চীক্তুনা
নোঙ্জরিয়ে ইনিংথৌ।

কাদাম্বা— নবুংঙোন্না হায়রকপা

তম্মু তাসি অঙম্বা।

কৈরুঙবা— কাইরঙ কাকয়েন্ নিংথৌগী

য়াথং নম্ভে ইনিংথৌ।

ননাই ঐগী লম্নাইনি!

কাদাম্বা— হায়য় তাদি, কৈদৌগে!

কৈরুঙ্বা— শজিবু লৈখুল ত্তোরম্বা

মরাল লৈবা অমত্তং

সনা খুয়াখাহুদা

কচ্চনীংদ্রা ইনিংথৌ।

কাদাম্বা— শজিবু লৈখুল ত্তোরম্বা?

কৈরুঙবা— মানি মানি ইনিংথৌ।

নরোয় কংলৈমচানি।

অত্থৈঙেদা তাখিবা

সনা য়াথং তুংইন্না

মাবু পুজরকপনি।

কাদাম্বা— কদায় য়েংসি পুরকউ।

(কৈরুঙবনা ইহুন নী—মথোঙ, মখুং পুন্নবা থাগোইবু মনাইশিংনা পুশিল্লকই—থাগোই ঋম্না শোক্লে—মশা ইরেক্ লেক্খরে)

কৈরুঙবা— সনা মীংরেং তাখিসি।

মীয়াম চঙ্মা ফাবগা

মশা থজিক্ শোক্খরে।

নোংফম্বিনি ইনিংথৌ। (কাদাম্বা মুম্না য়েংলগা)

কাদাম্বা— কোরৌ নোংজা অমদা
লৌমীশিংনা ফাহুনা
নিংথৌ ঐগী ইকমৃদা
পুরক্লম্বা পাখঙ্‌দো
মহাক অসী নৎত্রা ?
কৈরুঙবা— ময়ানি মানি ইনিংথৌ।
লাইমা মহূ চাউরবা
হূরানবনি মহাকসে ।
কাদাম্বা— হায়য়ু পাখঙ্‌ চুম্বরা
নঙবু মহূ চাউরবা
হূরানবনি হায়রি'সে ?
থাগোই— অচুম্বনি ইনিংথৌ,
হূগে, লাকে হায়হুনা
কৈরুঙ বগী ইৎখোন্দা
চঙ্‌লুরবা ননাইনি ।
কাদাম্বা— করি পোৎনো নহাক্না
হূগে চঙলুরিবদি ?
কৈরুঙ বা- অতৈ নত্তে ইনিংথৌ,
ননাই কৈরুঙ পুম্নেনগী
তাঙ্‌না লুনা থমজবা
অমথক্তা ঙাইজবা
হী-য়াইনিনে ইনিংথৌ !
থাগোই- অচুম্বনি ইনিংথৌ,

ননাই কৈরুঙ্ পুরেনগী
তাঙ্না লুনা থমজবা
লু-হেল্লবা য়াইহনি।
অহুগুম্বা য়াইহবু
ঐগী ওইগে হায়হনা
থৃৎনা চেৎনা পায়রিবঙে
মপোৎ হূবা ননাইবু
ফারিবনি মপূনা।

কাদাম্বা— মাগী য়ায়েল 'স্থম লোইরে।
হূরানবনা হূই হায়রে।
চৎলো চৎলো কৈরুঙবা
ঐগী ইরোয় মচানি,
ঐনা চৈরাক পীহৌনি!

কৈরুঙ্বা— নোংদমখোল্নি ইনিংথৌ!

(ননাইশিংগা কৈরুঙ্বা চৎখি)

কাদাম্বা— অসিদবু কমদৌনা!

(বাখল থলহুনগা)

হায়য়ু পাখঙ্ থুপ্কয়ু
নঙ্বু পোকপা কনানো?

থাগোই— ননাই ঐবু পোকপদি
য়াইরঙ্ লৈপাক মচানি।
নয়ুম কংলৈ লৈপাক্তা
শাইদাংহনা লৈরম্মী।

কাদাম্বা— মাগী কোলোয় মমিংদি ?

থাগোই— অতুঙৈদা ইনিংথৌ,
সনা থৌগল তৌহুনা
পূথ্রম-ফম্বু ওইরম্বা,
পম্থৌ মাগী মমিংনা
খাবা তোনা হায়হুনি।

কাদাম্বা নঙ্‌বু মানা পোকপকো !

(রাথল তৌই

থাগোই— ননাইহুনা পোকপনি।
লাইবক থীবা মরম্না
মাবু শক্‌খঙ্‌জহৌদে।

কাদাম্বা— অতুক্ পুকচেল্ চাউরবা
মহাক্তুনা পোক্লগা
মাগী মমায় ঙাক্তনা
নঙ্‌না মীপোৎ হুরানৃবা !

থাগোই— করম্নদি তৌগনি
ননাইনদি পামৃজরুই।
রায়েল চুম্বা ইনিংথৌ,
হুরানৃবদা পীদোবা
মপুম্ন চৈরাক তাবিরো !

কাদাম্বা— মতীক চানা পীগনি।
ইনাইহুগী মচানি
হায়হুনসু নহাকপু

হূরাল্লুরবনিনা
নঙ্‌বু কনূবা ঐ ঙস্রোই । (মনাইদা)
দোলাই পাবা কৌরুচো !

মনাই— নোংদমখোম্নি ইনিংথৌ। (চংখি)

কাদাম্বা— হায়য়ু থুপ্‌চা-নদনা—
ঐগী ইমোম কোম্বীনা
নঙ্‌বু কৌবা মতমদা
নঙ্‌না কারক্ত্রিবদি
ঐবু উশিংতবরা ?

থাগোই— মপূয় সনা য়াথংবু
ইকোক্ থোংনা পুবনা।

কাদাম্বা— কারক্লবা কৌরগা
কারক্ত্রিবা অসীবু
ঐগী য়াথং ঙাক্পরা ?

থাগোই— নরোয় কাইরঙ্ খুঙ্গাগী
লৌমীশিংগী রাথোক্তা
ইরাল লৈবা ননাইবু
কংলৈ সনা কোম্নুংদা
খোঙ্‌দাফদে হায়তুনা
তাকপিখিবা নয়াথং
কাউবিরব্রা ইনিংথৌ ?

কাদাম্বা— ফরে, তোক্লো মতুমা।

কোম্বীগী-রা অত্নুদি
করি থল্লি নহাক্তি ?
থাগোই— ননাই ঐহাক্ পামৃজদে।
কাদাম্বা— কোম্বীরৈবু নত্তেনে,
নঙ্বু লৌজো হায়বদে।
থাগোই— কনানিনা ইনিংথৌ ?
কাদাম্বা— লমজা ওইনা পোক্তুনা
হুরান্-চীম্বীরবসু
নরাইবক্তি ফরিহে !
পোইরৈ সনা লৈময়োল,
কংলৈপুংদা শাৎলগা
মালেম্ শীন্না ঙাল্লিবী
মাবুনিনে অপঙ্বা !
থাগোই— ননাই ঐহাক পামজদে।
কাদাম্বা— ইয়া—কয়া পঙ্থ্রবা
লোন-শুত্রিবা পাখঙ্নো !
কাদাম্বগী মমোম্লোন্
শজীক্লোয়বুনিনেহে।
থাগোই— নমোম্বুনি খঙ্জৈনে,
পামৃজদেনে ইনিংথৌ।
কাদাম্বা— ইয়া ! ঐগী ইমোম্বো
পাখঙ্ নঙ্না পামৃদবা ?
থাগোই— ননাই শুক্-পাম্ পামৃজদে।

কাদাম্বা— অচ্চা ! মতোয়নরহে !
থাগোই— ননাই থাগোই নীপানি
হুপী শাবা ঙম্‌জরোই ।
ইমীৎ ইনা পাঙ্গরি,
ইমীৎ তাংবা, নাপঙ্‌বা
ওইজনিংদে ইনিংথৌ !
কাদাম্বা— করি পাখঙ্ কৈদৌবা ?
থাগোই — নিংথৌমচা লৌবদি
নীপাহুবু হুপীনা
লৌই তাজৈ ননাইনা ।
"নমীৎ তাংশিন্নদ্রবা
ননা পঙ্‌শিন্নদ্র'দি
নিংথৌমচা লৌরুসু" ।
থুনগী অহল-লম্মন্না
অসুম হায়না ঙাঙ্‌নবা
চুম্মি থঞ্জে ননাইনা ।
উনা উনা মীৎতাঙ্‌বা
তানা তানা নাপঙ্‌বা
ননাই ঐদি ঙমজরোই ।
কাদাম্বা— অচ্চা ! করি লৈত্রবা,
লাংলিকুম্না তোল্লবা
ককুই তৈবা নঙ্‌নসু
নিংথৌমচা হুপীবু

অহুক লৈখা তাহনবা,
থরায় মাঙ্‌নীংবরহে !

থাগোই— নিংথৌমচা হুপীবু
থাদজবা নচ্চদে,
মতীক মঙাল্ থাহুনা
শকচ-শোঞ্জবনিনে ।
পাক্ল' লোক্তাক ঈপাক্কা
খোংবাল্লুক্লাং তু-খোংগা
পাজবনি ইনিংথৌ ।

কাদাম্বা— তাওহে পাখঙ্ তোনাম্বা,
কংলৈ-কোন্‌বা-কাদাম্বা
ইমোম মাগী অনীংবা
থুংহনগনি হায়হুনা
কন্না ব্রাশক্‌খ্রবনি ।
মানা পাম্বা অহুমক্
অপাম্বনি ঐহাক্কী ।
মাগী পূক্লীং তুংইন্না
নহাক্ চৎপা ঙমগদ্রা ?

থাগোই— ঙমজরোইনে ইনিংথৌ,
ননাই ঐহাক্ পাম্‌জদে ।

কাদাম্বা— ইয়া, মতোয়নরহে !

থাগোই— ননাই ঐহাক পামজদে ।

কাদাম্বা— কাদাম্বগী য়াথংনি,

ঐগী ইমোম শজীক্লোয়,
নঙ্না লৌগদবনি।

থাগোই— ননাই ঐহাক ঙমজরোই।

কাদাম্বা— হা হা হা হা! অপঙবা!
ইচানীপা পোক্ত্রবা,
অহল্ মতম ওইরবা
নিংথৌনিনে ঐ অসে!
ঐনা শিরে হায়রগা
ঐগী থুবম ফংদৌবী
অস্থুক পাক্ল-চাউরবা
কংলৈ লৈবাক অসিগী
মপূ ওইহৌদৌরিবী
ঐগী ইমোম শজীক্নি।
মাবু ফংজরবদি
পূম্নমকসে নখুত্তা
তাহৌদৌরবনিনেহে।

থাগোই— লোইনা খঙ্জৈ ইনিংথৌ,
ননাই শুক্পাম্ পামজদে।

কাদাম্বা— অচ্চা! ঐগী চীম্থক্তা!
নহাক্ ঐবু খঙ্ব্রহে?

থাগোই— মুন্না খঙ্জৈ ননাই ঐ!
চীংনা কোয়না পন্শাবা
পোইরৈ সনা লৈপাক্কী

মেনগী কম্বাল তোংলিবা
ঐবু লোইবা নিংথৌদি ।

কাদাম্বা— শাগুম্বা নহাকপু
শা-শল্ লোইগুম লোইরিবা
ননিংথৌগী ময়াথং
ইঙ্গ্রবদি কৈদৌই ?

থাগোই— চৈরাক্ কঙই ইনিংথৌ !

কাদাম্বা— ময়াথংবু ঙাক্ত্রগা
চৈরাক পীগদৌরিবা
ননিংথৌগী য়াথংনি—
ঐগী ইমোম্ লাংজেনবু
লৌজরগে হায়রুহে ।

থাগোই— ঙম্জরোইনে ইনিংথৌ ।
পাম্জদবমক্তনা
চৈরাক চাবা পামজরে ।
পান্দম্বিরো ননাইদা ।

কাদাম্বা— তাওহে পাখঙ্ ঐহাক্কী
ইরোই লোইবা ইয়াথং
নঙ্গী য়াকঞ্জগেরা
ঐগী য়াথং ঙাক্কেরা ?

থাগোই— নয়াথংদি য়াজরোই
চৈরাক্কুদি য়াজরে ।

তাজবদা রাজরে
পাঙ্থোকপিরো ইনিংথৌ।

কাদাম্বা— অচ্চা! ঐগী চীঙক্তা। (কৌতুনা)
দোলাইপাবা লাক্তি ব্রা?

(দোলাইপাবা অনী অহম লাকই—থুরুম্মী)

দোলাইপাবা— ননাই ঐখোয় লাকচরে।

কাদাম্বা— হুরানবনি মহাকসী
মওক লাক্না ইল্লগা
কৈগুমশঙ্দা থম্মুচো!

(শাউনা চৎখি)

দোলাইপাবা— চৎলুনেহে হুরানবা।

(কন্না ইল্লি—মখা য়াম্না চোকথরবা ওইবনা থাগোই উপথুননা তুহনা খোঙ্গুন তাদনা লৈরি—শজীক্লোয় কোম্বীরৈগা লোইননা চেঙ্হোয়রকই— দোলাইপাবনা হোচ্চিন্দুনা চিংখৎকে তৌবা মতমদা)

শজীক্লোয়— দোলাইপাবা, চথোকউ।

(দোলাইপাবা খর হন্দোকই শজীক্লোয় থাগোইগী মনাক্তা চেনশীল্লগা)

শজীক্লোয়— পাখঙ ওইবা নহাকপো,
রাথোক্ চাউবী ইশুংলাং
য়াইবি মাঙ্লবরনে?
করিগীনো নহাক্না
পামজদবা শাইগোন্দা
খোঙ দারক্লিব'সীবো!

মীৎকপ্লোনে, হৌগৎলো ;
নঙ্না তুক্কচরবা
মোংফম্লিনে মফমসে ।

থাগোই— থৌজানৃহৈবী কনানো ?
হিংন য়াইবু চেল্লবী
নঙ্গী শুংশি ৱাঙাঙ্না
ঐবু হিংগৎহন্‌বিরে ।
ঈশিং খিত্তা পীথকউ
খ্রক খ্রক কংলে থনাউসে !

( শজীক্লোয় ঈশিং লোবা চেনখি—কোম্বীরৈ থাগোইবু মুন্না য়েংলগা শুগৎতুনা মমায় লৈথোকই—শজীক্লোয় ঈশিং পুত্না লাকই—হরাও হরাও হায়রকই । )

শজীক্লোয়— পুজরক্লে থকপিরো ।

( থাগোই মমীৎ পাংথোরকতুনা মখুৎ ওয়গী খুনীংনা লৈপাক্লা বানা শোৌরগা মখুৎ য়েংনা শজীক্লোয়না পীরিবা ঈশিংগী খুজাইদু পায়রগা য়েংথৎলকই—শজীক্লোয় উবদা । )

থাগোই— হা-হা-হা-হা-হা !
মজা'বেম্মা শজীক্লোয় !

( খুজাই লাকতুনা লংথোকখি )

( ওঃ— ! হায়দুনা বানা হীপথখি )

**অনীশুবা উৎশা**

কাইরঙ্

**কৈরুঙবগী মরালয়ায়**

**মকম**— নাম্বা ইয়োঙ্ শঙ্

**মতম**— নুমিদাংবাইরম।

**( থবামাসবী ইয়োঙ্দা ঙাম্নগা মমীৎঈরা চেম্না শুক্রুংদা য়েংলগা ইশৈ শক্লি )**

**ইশৈ**

হন্দক্কী মপোকসে
অরেম্বা তাহৌরে।

মহাক্কী কায়নবা মৈচাক্লা চাক্নুনা
য়ানবা কপ্পবা
হিংহৌবা তারেদো।

শাহৌগী কল্লকৃপা মায়থোঙ্গী শুক্ষৎপা
মীৎয়েংগী মীনোক্কী
মিহৌবা মিকাবা;

কনাদা কাইহৌনি কনাগী কাইগনি
কায়নবী মুজাগী
থম্মোয়দি কায়হৌরে।

কাইমুংদা চঙ্ছুনা মৈচাকসে মুত্রিফাও
কাউররোই মহাক্কী
মুংশিবা মায়থোঙ্-থা।

**( ইশৈ শকপা লোইরগা ঙাহাক্তং উভিংবগুম লেপত্তুনা নোংথক্লোমদ**

মীৎয়েং হোংদনা য়েংলম্লগা চুংশা কুইনা হোল্লকই—মমীৎ ঈয়া হৌরকই ইয়োঙ শঙ্দগী মক্ষম্ খঙ্দনা কল্লা চেংহোরকই—কবোক্লৈগা থেংনৈ )

কবোক্লৈ— ইতা, কদায়দনোনে ? ( কায় )

থবামানবী— ইতা ঐবু ফাগম্মু।

কবোক্লৈ— কৈদৌরগে হায়য়ুনে।

থবামানবী— থম্মোয় খোল্লা চাক্লম্বা
কায়নবগী মৈরীনা
লম্জাও থাম্বি ওইহুনা
ঐবু কোয়তাল্ তাল্লক্লে।
চাক্লে, প্রোক প্রোক চাকথেক্লে,
ইতা ঐবু থাদোক্লো!

কবোক্লৈ— অতুক চাকপা মৈচাকপু
মক্ষম কৈদা চৎলগা
মুৎপা ওন্মি হায়বগে ?

থবামানবী— অঙৈংবগী তুংনক্ষম্
ঈরাই লৈমৈ মথাদা
তুংজগ্রগে ইতারোই।

কবোক্লৈ— ইতা, অত্তু ওইর'দি
নগুংলাংগীদমক্তা
শাবী নমান্ মচানা
ওল্লা থোইনা খাংলি'সে
অরেম্বদা তারোইজ্রা ?

থবামানবী— নত্তে নত্তে ইতারোই,

মরীল খাবা পস্থোনা
মাবু হাত্তোকপিরগা
হুন্দোকপিগ্রবনিনে! ( কপ্পা )

কবোক্লৈ— ইতা নঙ্বু ঙাইখোনে,
নমানূমচা কৈদৌড্রি।

থবামানবী— অওইব্রনে ইতারোই ?

কবোক্লৈ— হূরানূবনি হায়হুনা
মাবু নঙ্গী পস্থোনা
কংলৈ-পূংগী নিংথৌরেন্
কাদাম্বদা শিন্নখ্রে।

থবামানবী— কাদাম্বদা শিন্নখ্রে!

কবোক্লৈ— নিংথৌরেন্না মহাকপু
কৈশুমশঙ্দা ফাজিনখ্রে!

থবামানবী— কৈশুমশঙ্দা ফাজিনখ্রে!

কবোক্লৈ— মনা মনিল নাইদনা
মচী মচী খুদীংদা
নঙ্গী ননাই ময়াম্না
চিবোন চিবোন ঙাঙ্নবা
ইতা নঙ্বু তাদ্রনে ?

থবামানবী— মাহুনহুম ইতারোই
খাঙ্বা লৈবা শুমজদ্রে।
হুরানবনি হায়রগা
হুরান-চীম্বী য়াদ্রবা

কাদাঙ্গনা মহাকপু
য়োকৃপী কনবিখিগদ্রা ?
কবোক্লৈ— মীবু শাসু নত্তনা
পাক হেক হাংপা হৌনব্রা !
থবামানবী— ফরে, মাবু হাংলমু ।
মাগী মমোম্ শজীক্লা
মপুরোইবা ওইনবা
মাবু কোয়তান তান্নরি
হায়বদাইনে ইতানা ।
কবোক্লৈ— অহুবুদি চুম্মিনে ।
থবামানবী— অহুনহুম ঐহাক্তি
থোইনা চাক্লে ইতারোই ।
মানা মাবু ফাহ্না
মপুরোইবা ওইগ্র'দি
ঐনা করম খাঙ্গনি ।
নত্তে ইতা ওইররোই—
ঐগী ওইবা পোত্তুনা
মীগী মপোৎ ওইখিবা
ঐহাক খাঙবা ডমজরোই ।
কবোক্লৈ— নহাক লৈরিমখৈদি
মাগী পুকচেল থক্ ওল্লোই
তপ থখোনে ইতারোই ।
থবামানবী— মরম অহু লৈবনা

মহাক হিংজহৌনবা
শিজরগে তেমশিংজ্রে।
ঐহাক লৈত্রে খঙ লʼদি
শজা
হুণ্ডাই য়াইক পাহ্লৌনি।

কবোক্লে— নহাক্ লৈতরবদা
মহাক হিংদ্রা লৈখিজ্রা!
ওইরোইদোবা য়াথমা
নিংদোল পোম্ম য়েংনিংদে।

থবামানবী— ঐবু পোকপা পম্লৌমু
পায়মা লিংজেন থামল্লি।
কোয়জরক্পা পাখঙবু
হূয়ানবনি হায়রুনা
কৈশুমশঙদা থম্মানবা
'সীবু হৌনবরনে!

কবোক্লে— অসীদগী হেন্নরুম্
থম্মোয় শোকপা য়াকম'মা
ইতা নঙবু তাখোনে।

থবামানবী— থম্মোয় শোকপা য়াকম'মা!
করি য়ানো ইতারোই?

কবোক্লে— নঙবু পোকপী পম্লেম্মা
তরুংলেন্দা নহাকপু
ওসি থাদোক্কদোরি।

থবাবানবী— তরংলেন্দা ঐহাকপু
ঙসি থাদোক্তৌরিবা ?
কবোক্লৈ— ইতা নঙ্গী পলেমৃগা
মনাই নীপা পেতোগা
চাক্পা ব্লারী শাখিবা
ঐনা লোম্না তাহৌই ।
থবামানবী— ইতা অতু ওইর'দি
ঐবু খাম্বিরগম্নু
মাগী খৃত্তা তাদ্রিঙৈ
ঐহাক শিজহৌরগে !
কবোক্লৈ— হায়হৈদেনে ইতারোই ।
থবামানবী— মানা হয়েং লাক্লগা
তম্বিহৌরো ইতানা
শানৌ ননেমৃমচাদি
মাঞ্জা মাগীদমক্তা
য়োক্‌খত্ত্না থম্লক্‌পা
থব্লায় হকচাং অনীবু
মীথূৎ চন্দনবগী
তাইবং থাখ্রে হায়হুনা ।
( হাম্বরগা চেনপে তৌই—কবোক্লৈনা কায় )
কবোক্লৈ— ইতা নঙবু ঙাইখোনে । ( কায় )
মীওইবগী মপোকপু
অস্থূম ওইরে খঙবরা !

পোকওম্‌দবা মপোক্লি
শিনিংদবা পুন্সিনি ।

থবামানবী— নত্তে ইতা ঐহাকপু
অমুক খাম্বিরগনু ।

কবোক্লৈ— ফিংগৎখিনু ইতারোই,
ঈরাক্লবা মীশিংনা
হিংনিংবগী মঙ্গান্না
ইকা'মফাও লাম্বগুম
য়ারিমখৈ য়ান্দোবা
মীওইবগী পুন্সিনি ।
নুরা নঙ্‌গী নরমচৎ
মাঙ্‌হল্লমদাই মীৎকুপ ফাও
ঙম্মখৈ খাঙ্‌তুনা
য়ান্নখিসি কৈদোগে ।

থবামানবী— মীৎকুপ 'মগী মতম-ফাও
হিংজনিংদ্রে ঐহাক্তি !

কবোক্লৈ— করি ব্রানো ইতারোই,
মীৎকুপ'মতং ফংবদা
শিবা-চঙ্‌বা লেপ্‌-ঙম্বা
মীওইবগী মপোকপু
পাক-হেক শিবা য়াবরা !

থবামানবী— পাম্‌জদেনে ইতারোই,

পামজদ্বা মকাদা
রাইথুংজবা ঙমজরোই ।

কবোক্লৈ— ঙসি অহীং অসীদি
নঙগী নিঙোল কাদগী
খুবৈ'মতা চৎফদে ।
পলেম পশ্থৌ অনীনা
থৌদারকপা থোক্ল'স্থু
শুক্থোক থোক্লু রব্থুকো ।
হুমিৎ তাপ্রে ঐ চৎলে
ঐগী পাওমেন ইল্লুকো ।

( চৎকে ত্তোই—কৈরুঙ্বা লাকই )

কৈরুঙ্বা— অচ্চা ! নহাক কনানো ?
নথৌ ইরৈ লৈতনা
'সীদা কৈদৌরম্লিবা ?

কবোক্লৈ— নম্মোম কবোক্লৈনিনে ।

কৈরুঙ্বা - খঙ্না খঙ না হায়রি'নি ।
ঐগী ইম্মম অসীদা
নখোয় কনা অমতা
খোঙ্দাব্বিরক্লগম্থু ।

কবোক্লৈ— করিগীনো তাকপিয়্ ?

কৈরুঙ্বা— করিগীস্থ নত্তেহে—
নখোয় তিল্লবদগী
ঐগী ইমোম থবাসে

হায়বা ইনশিল্লক্তে
মনীং মখা তম্লক্লে।

থবামানবী— ( কিংনা ) পঙ্খৌ— !

কবোক্লৈ— ঐখোয়নরা অত্নুবো ?

কৈরুঙ্বা— মানি নত্তবদিনা !
মীৎকুপ পুংজা কাংদনা
শৌজিল্লক্লবদবু
খাঙ্গদবা কনানো ?
ঐগী ইমোম থবাবু
তিংলীগুম্না লোওনৃহনৃ
খরাগুম্না মিপাইহন
মপূক পূকচেল শেপ্হনবা
নঙ্না নত্তবরহে !

থবামানবী— ( কপ্না কপ্না ) পঙ্খৌ !

কৈরুঙ্বা— তুমিন্ লৈয়ু, ঙাঙ্গনু।

কবোক্লৈ— ইপা শকৃপা অঙম্বা
ওঙ্খোকৃপবু তাকৃপিদা।

কৈরুঙ্বা— ওঙ্খোকনি করিগী !
নঙ্গী শরৌ লৌতুনা
ঐগী ইমোম থবাবু
ঙাওহল্লিবা নত্রহে !

কবোক্লৈ— ঐগী করি শরোনা

ঐনা করি তৌত্থনা
ঙাওহল্লিবা নমোম্বো ?

কৈরুঙ্‌বা— হুমিং চুপ্পা নহাক্না
কংলৈমচা অত্থগী
রাপাংত্থনা ঙাও শিন্‌বা,
মাগী মপূক পেৎনবা
নঙ্‌না দেদে থেম্বনা
লোওনৃহনবা নত্রহে।

কবোক্লৈ— পাঙ্গল শোনবী হুপীনি
করি তৌবা ঙম্লক্লোই,
রাখল অসী খন্দুনা
পংতাক তাকপিগম্মদা।

কৈরুঙ্‌বা— হুপী ওইবৈ তোক্‌পনি,
নীপা ওইরম্লবদি
নথল্লায় মাঙ্‌লোইদরদো!
চৎখ্রো চৎলু য়েংনিংদে,
ঙসি নোংজাসীদগী
ঐগী ইরানয়ায়সীদা
নখোঙ্‌ খোঙ্গুল তাফদে।

কবোক্লৈ— কৈদৌনবা লাক্লুনি।
য়ুম্লোন কৈরোম্নত্থনা
পিশক পিক্লিঙৈদগী
তোরোং খাদা-নরবী

ইতাগীনি হায়তুনা
লাকুফয় থোকই লাকুপনি ।

কৈরুঙ্‌বা— অতুগুদ্বী নতায়ে
নঙ্‌না মাঙ্‌হনবিয়েনে !

কবোক্লৈ— অঙঙ্বনি হায়তুনা
পঙ্‌লাক লাকথুবিহুদা ।
থিংঙেল থিংবা ওমত্রগা
নাশিখোংদা তাইনবা ;
থৌঙবদী থবক্লা ?
নপুকৃথোক্নী নমোমৃদি
রারক্‌পিগে হায়ত্রগা
মীচা রারক্লবদি
অঙঙ্বনি হায়তুনা
চোমোই হায়না খনুরবা ?

( হায়তুনা চৎপা হৌরকই—থবা চেনশিনখিতুনা )

থবামানবী— ইতা নঙ্‌বু ঙাইখোনে,
ঐবু ঙাকপিরমৃখোনে । ( থাম্বী )

কবোক্লৈ— হৈরাঙ্‌'মতং কুংবদা
হৈঙঙ্‌-খায়না চাখিন্না,
লৈরাং'মতুং লৈবদা
লৈচা শেংনা চিনখিন্না,
হৌমিন-শাংমিন্নরকপী
ইতা নঙ্‌নি হায়তুনা

ঐম্বা চঙ্‌লকপানিকো !
চংলে, ইতা লৈহোম্নো । (চংখি)

**খবাম্বানবী** — ইতা—( চেনগে তৌই )

**কৈরুঙ্‌বা**— কৌরুহুনে লম্‌হেনবী । (কাপ)
চঙ্ঙু, চংলু ইম্বুংদা ।

**খবাম্বানবী**— ইপায় নরানূয়ায়সীদা
ঐহাক লৈজনিংদরে,
থাদোকপিরো নমেম্থি ।
মরাল কৈস্সু লৈত্রবী
ইমান্নবী ফাওববু
কুশিং কুৎনা হায়ছুনা
তাম্থোকখ্রিবা অসীবু
ঐবু হুংশিদহুনা
নমোম নত্তে খন্দুনা
মীরায়বিবা নত্রদো !

কৈরুঙ্‌বা — চংলুনেহে চীম্থীবা !
মপানবু মচাগী
ফত্তনবা শিনত্রহে ।
নঙ্‌গী য়াইফ য়েংবদা
হিংচারবা ঐনিনে ।
চংলু, নিংঙাই তৌগনু । ( চিংনা চিংনা )
নঙ্‌বুতবু য়েংহনা
নপা ঐনা হিংলগা

নঙ্‌না মাহুম তৌরদ্রি
ঐনা করম থাঙ্‌গনি।

(ইমুংদা চিংশিনখি—কৈরুঙ্‌বা অমা
থোরকই ওমাঙদা লেপ্লগা)

কৈরুঙ্‌বা— হায় হায়, কোন্দুম, কোন্দুম্বা!

(কোন্দুম চেম্থোরকই)

কোন্দুম্বা— করি তাকপিগদবা?

কৈরুঙ্‌বা— ঙসি নোংজ্ঞাসীদগী
ঐগী ইরানয়ায়সীদা
নূরা পাখঙ্‌ অমতা
খোঙ্‌দাহনবা য়াদেকো!

কোন্দুম— অঙম্বু, ননাই ঐ!

কৈরুঙ বা— মঙ্‌-হা কয়া ঙুংঙাইতে
পাম্বোম তোয়না চোংঙিহে।
মীৎকূপ-নাহুম শিংঙুকো।

কোন্দূম— অহোয় ননাই শিংজগে।

কৈরুঙ বা— ঙসিদগী হৌনা নঙ্‌
মখা থংবা শীংগৈদা
য়াঙ্গিরেক্কদবনিকো।
ঙাইহাক অমুক কোয়চৎ-চৎ
ঙাইহাক অমা হিপ্তুনা
মিশেঙ্‌ থাঙ্গদবনি।

কোন্দূম — এঃ! কাঙ্‌ থাঙ্‌বা তারবা?

কৈরুঙ্‌বা— হেন্‌ফদরবননি,
খরা খাঙ্‌বা তাই ইবো!

কোন্দুম— হোয়দা, কৈদৌগবনো,
কন্‌-কন্‌ লাউবা কোন্দুম্‌দা
কাঙ্‌না কক্‌ কক্‌ চীকপবু
কোক্‌ কোক্‌ হাৎস্নু ঙাইদনা!

কৈরুঙ বা— শোয়বা য়াদে কোন্দুম্বা
চেকশিন্দবা য়াদেকো। (চৎখি)

(কোন্দুম ঙাহৌ ঙাহৌ চৎলি—পেতো মখা থংবা য়েনখায়োমদগী নাশোন্‌ পীক্লা থুনীং কাঙ্‌না কাঙ্‌না নীংমাঙ্‌ য়েংল-য়েংল লাকই)

কোন্দুম— হায় হায়! কনানোনেহে?
(পেতো খংপ্রেক খংই)

পেতো— ননাই ঐনি অঙম্বা! (থুরুশী)

কোন্দুম— ইয়া-ইয়া, হুরানবা
নঙক্‌ থবৎ কক্‌উরা?

পেতো— হি-হি! ননাই মীনাইজাও,
কোন্থুং থন্‌বা পেতোনে।

কোন্দুম— (য়েংলগা) ইমাইপেম্মা পেতোবা,
ইবো নহাক ওইরেকো!

পেতো— হৈমা! কোন্দুম নঙ্‌ ওইরে।
(ফুক হৌগৎলগা)

আদা, শূমাঙ্‌ মতোন্দা
রারী শাসি লাও ইবো।
( মথুং পায়হুনা শূযাংমতোন তায়া চিংথোক্লগা। )

পেতো— কৈরুঙ্‌বগী 'সীদদি
কোন্দূম নঙ্‌দি কৈদৌরি ?

কোন্দূম— কোন্দূমথু কৈদৌমি,
কোম্‌-অমুবা ফেঙ্‌লিয়ে।

পেতো— কোন্দূম্ম কোম ফেঙদনা
পেতোনদি ফেঙ্‌'ব্রদো ?

কোন্দূম— ইয়া মতোয়নরহে,
পেতো পেৎতোইনগেরা ?

পেতো— হি-হি। কোন্দূম শাউবোইনা।
ঐনা হায়'দি 'সীনিনে—
পেতোবগী স্না হকচাং
থোংনা পেৎ-পেৎ লাওইদো।
কোন্দূম্বগী হকচাংবা
কম্বা কল্লেমতুনা
চগন্‌ চগন্‌ লাউইদো।
কন্না থোবা কোন্দূম্নি,
পেৎনা থোবা পেতোনি।

কোন্দূম— কোন্দূম কন্থৌ ঐহাক্না
পেতো পেৎথৌ নহাক্না
লোইথোক্লসি হায়বরা ?

পেতো— ছি-ছি! পাথৌ শাউবোইনা।
পাথৌ, কন্থৌ কোন্দুম্না
মনীং থেগাক তেক্তুনা
তক্থায়রবা কোম্নবু
লংদা হৌনবরদো!
থবেৎনবা পেতোনা
মুংশা থবেৎ হোন্দুনা
অতুক নামবা শাবনা
মুশুক মুবা কোন্দুবু
কৈদৌদগে হায়বনি!

কোন্দূম— নঙ্না অতু হায়'রদি
কোম্মুংদা নঙ্‌! কৈদৌরি?

পেতো— কোম্মুংদা পেতো পে-খাল্লী!
পেতো পেনা শক্চরি,
মীনাইশিংগী পরেংদা
মীনাইজাউবা ওইজরি।

কোন্দূম— হুঁ-হুঁ! পে-খান্বদা পেতোনা
পেরম্দৌদো হেক উইদা!

পেতো— ভাইথো কোন্দুম ব্রাহংগে—
নঙ্গী কোম্বী কম্দৌরি?

কোন্দুম— কোম্বীবুরাও, হংবুদা—
(হায়রগা কপ্লীং কপ্লীং তৌনা মমায়
লৈথোকতুনা পেথোকতুনা লৈ)

পেতো— হায় হায় কোন্দুম, নঙ্ পেন্থু।
নহাক পেবা পকৃচদে।
পেবা, পেতোয় ইনাংনি!
পেতোনা হেক পেবদা
"পক্চৈদকো পাম্মুইদা,
পেয়ু পেতো" হায়হ্না
মীনা শোন্নরিপোংনি। (মনপ্ চিংথংলি)

কোন্দুম— পকৃচন্দ্র'স্থ পেজনি
নথৌ করি নেকপগে। (অমুক হেম্না পেথোকই)

পেতো— ইহে, পেন্থু হায়রগা।
কোন্দুম নঙ্না পেবদি
কোমায় কিম্থরক্কুনা
পেবম্ পেতো পেরিবা,
পাক্কদৌবোই নিংঙিনে!
হায়য়ু কোম্বী কমদোরে?

কোন্দুম— কোম্বী, কোবৈ মকোন্দা
কোনৃশিনৃথরে কোবনা।

পেতো— অঙ্ অঙ্! ইবো করম্না?

কোন্দুম— অতুবুরাও, সীনিনে—
কোয়রুবদা মানা হায়—
"হাদা ইবূং কোন্দুম্বা,
নমথাং খুল্লক অমতা
পুবিরকউ লৈজগে"।

পেতো— লৈব হায়'দি নঙোন্দা
ওঙ্বা হায়বা নত্তদো ?
কোন্দুম— হুংঙাইতেদা, তাখোনে।
পেতো — হোয়নে, হায়য় তাগেনে।
কোন্দুম— লৈদা-লৈত্রা ইবেম্মা ?
ঐগী ৱাসি তাবদা
কে-কেজনা কোম্বীনা
ময়া ইকোপ্-কোপ্মখৈ
কোথত্নুা হায়রকই
"লৈথোকপস্থু ঙায়দনা
করি থবক্ লৈবনো"।
পেতো— অঙ্-অঙ্! অত্নুদগীদি ?
কোন্দুম— অত্নুদগী কোন্দুম্বা,
কৈরুঙবগী কোৎতগী
ফৌপোৎ অমা কোৎলগা
কোন্দোৱৈল্লেবু কৌত্নুা
তোন্দোনবীদা তাইহল্লে।
নমথাংখুল্লক লৈরেদো।
পেতো— নঙ্না হুংঙাইরম্দৌদো
হোত্রোং হোনা হেক উইদা
কোন্দুম— অত্নুদগী ঐ চৎলে—
হা ইবেম্মা কোম্বী-ও,
নুরা নঙ্গীদমক্তা

নমথাং খুল্লক পুরক্লে।
মানা শাক হেক লোরগা
"ফজৈ, পাস্মী, লৈগনি,
মনাও লৈজরগেকো"।

পেতো— মাতুই মথা তাবদি ?

কোন্দুম— লৈরো লৈরো ইবেম্মা
লৈবিগনি হায়ত্না
পুজরক্লিবনিনে !
মানা মাসী তাবদা
"লৈজরগে অতুদি
কয়া লোনি তাকপিরো ?"
ঐনা "নহাক লোগনি,
লৈবিররো চৎলসি"।
'সানি ঐনা খুম্বদো।

পেতো— ( শিথবামথে নোক্লগা )
আহায়ো ! লৈবা হায়বদি ?

কোন্দুম— লৈবা হায়'দি ঐঙোন্দা
ওঙ্‌বগী য়া ওইরমল্রে,
মমলগী পীরে হায়রগা
পোংলৈবগী ওইরম্রে।

পেতো— অচ্চা ! লাকপু লাকচৈন্দা
মাগুম্বনা কোন্দুম্বো !

কোন্দুম— ঐস্নু মচিং ল্লাক্লুনা—
নঙ্না লৈনি হায়্’নিনা
নঙবু লৌনি হায়ত্নুনা
মখুদাং তাপ্ পায়্বদা (শূক্লুখ্রণ্ণা)
খিত্তা তোকথোক্লসিদা।
পেতো— হায়য়ু তাসি কৈদোগে!
কোন্দুম— নারোম্দগী খঙ্হোদে
কোবা পাইথোরক্লুনা
মাগী লীচৈ তুংগোন্না
কোন্দুম্বগী নংগন্দা
হুন্-তপ্ হেক্তা মথারৈ
কোন্দুম লোংনা তাহৌই।
কোম্বী হেক্তা কোন্শিন্খি।
পেতো— হুংঙাইতেদা শরীশো!
পেতো লৈরম্লবদি
কোবৈ মকোক কোল্লিদো
কোকশী কাক কাক খৎতুনা
লৈতান্ পেক্লুম পেতোনা
পেক্লুম্দোবনিদকো।
অতুই মতুং তারদি?
কোন্দুম— য়েন্নাউ চেন্গুম য়েনবীনা
কোম্বী চেনখ্রে কোবনা,
কোন্দুম কোরেক তাহৌরে।

পেতো— পেতো নৈরি য়াকুম্ব
তরাথোক্লা থিবিনি
চাক্চা তোক্করম্ত্রা ?
কোন্দুম— তোক্করম্বা য়ারেনা ।
পেতো— নঙ দি হৌজিক কৈদৌনি ?
কোন্দুম— ঐহাক তুম্ব্রগনি,
তুম্বিংবনা শিদৌরে ।
পেতো— চৎলো চৎলো তুম্ব্রো ।
ঐস্থ কৈরুঙপুরেনবী
অত্নক উনরম্খিগে
চাকচা তোকপা মতমদা
উনখিসি হায়রকই ।
কোন্দুম— হোৎনৌ হোৎনৌ পেতোবা,
য়াবু য়াদৌরিব্রনে ?
পেতো— কমদৌ-দৌনো থঙ্দেদা ।

**( কোন্দুয়া শীংগৈয়োমদা পেতোনা থা থংবা মনীংথোঙ্লোমদা চৎখি — ওাইহাক নৈমগা তরংলেন লাকই— কেক্ক কেক্ক য়েংলম্নগা শঙ্গোয় মক্কমদা নৈশিনখি— পেতো লাকই )**

তরংলেন— পেতো নত্রা নহাকপো ? ( থোয়কই )
পেতো— ননাই ঐনি ইবুংঙো ।
তরংলেন— করম তৌরে হায়য়ুহে ।
পেতো— য়ারোইদৌরে ইবুংঙো

মাগী নিঙেঙাল কাদগী
শূক্রেঙ-লেঙঙু য়াদ্রে হায়।

তরংলেন— ঙসিসীমক্ মহাকপু
পুদফদে পেতোবা !
করম তৌসি হায়বগে ?

পেতো— খঙ্দ্রে করম তৌদৌনো ?
লান্মী ময়াম কৌহ্না
থোঙ্জাও কাওখায়হল্লগা
ফারসিরা ইবুংঙো ?

তরংলেন— লৈপাক ল্লাথোক ওইগনি
চংনবীগী তুংইম্না
নিঙেঙালশিংগী নিংঙালকা
অতোপ্পদি লায়রিহে
মপা মমা মবুংফাও
চঙ্বা য়াবা নত্তেহে।
অসীগীসু মথক্তা
মহাকসীগী মরম্দা
নহাক ঐহাক নত্তনা
কনাগুম্বা অমফাও
ঐনা য়াওহজ্ঞনীংদে।

পেতো— হোয়নে চুম্মি মাহ্সু
হৌজ-হৌজ কয়ানো
ইবুংঙোনা চোপ্লিসে।

অসিদবু করম্না
মীতোপ য়াওহল্লিংগনি !

তরংলেন— মানি ইবো মাতুনি ।

পেতো— অসুম তৌসি ইবুংঙো,
আদৈ লৈকোল অসিদা
লোৎপিরম্মু ঙাইহাক্তং ।
কাঙ্‌লম্ খঙ্‌বা পেতোনি
কাঙলম্ 'মতং কাং‌জগে
থবা থুব্রা য়েংজগে ।

( চৎখি— তরংলেনসু লৈকোন্দা লোৎখি— মনীংথংবা লম্বেলদা লৈকাই কোইরুবা পাখঙ্‌ অমা ইশৈ শকতুনা চৎলি )

## ইশৈ

পম্বোকোনগী পোম্বি-ও
পাম্মু পামেল পামজবী,
অপাম পন্দোল্লোম্বমা পাঞ্জনিংবা পামেন্দা
পান্নিং পান্নিং পানুঙমদে,
পাইজনিংই পাইঙমদে ।
( পোম্বী নুংচারুরবোই ! )
পাম্মু মাগী পম্বেংদা
পন্দোল্লোম্না চারু'সু
পঞ্চিরমদাই মতমদা নুংশি পম্বেম্নবদি

পাখঙ্ হাংপৈ নরান্না
পোম্বি পাবোং লোনগনি।

(অসুম্না মতম ,হৌখিবনা মী তুম্ন-হীপ্লগ্রে—মীচীক্ মীরাওখোন্ তাখিগ্রে—মতম আসদা পেত্তোনা কোক্রোবা শাদ্রনা চৈশ্ শুদ্রনা লাকই—অপনবা লৈতনা ইয়োঙ-শঙ্দা চঙ্শিনগ্রে— নিঙেত্তালকাগা ইয়োঙশঙগা অনীগী মরক্তা কাংলিবা খোঙগী মনাক্তা লেপ্লগা শোক্তগ্না)

পেত্তো— হা অপেম্মা থপা-ও
অপূ লাক্রে থোরক্লো।

(মনা খাঙৎতুনা তায়)

থপা নঙপু তাপরা
অপূ লাক্রে থোরক্লো।

(বাখন্না লাংকহংখিবনা মমুংদা শাওল্ ঙাওল্ খাঙলম্বী থবা নাশোল পীক্লা খোঙ্গী নাতৈ কাঙ্লগা কোয়েং য়েংলকই)

থোরকউনে থপা-ও
অপূ পাওমেনপিগেনে।

(কনা লৈতবা উবদা থবা কোক্রোবগী মনাক্তা চঙ্শিল্লকই)

থবামানবী— (লোল্লগ্না) ইপু করি রানোনে?

পেত্তো— নঙগী নমান্ মচাকী!

থবামানবী— ইপু অওইবরনে?

পেত্তো— অওইপনি অতা লৈ;
থপা নঙপু লাওনেহে।

(থবা কোক্রোবগী মতুং ইন্ন-ইন্ননা)

থবামানবী— কদাইরাইদা লৈরিবা?

পেতো— আতা শঙকোই মরুমতা !

( মনপ্ চিংথংলী )

থবামানবী— ঐহাক য়াম্না চিংনরে !

ঐহাক চৎপা ঙম্নরোই ।

( থবা চপ্ লেপ্লী )

পেতো— চিংনকনু অপঙপী

লাওনে আতা লৈনেহে ।

( মনপ্ চিংথংলী )

থবামানবী— নহাক পেতো নংতরা !

( মুম্না য়েংলগা )

মানি নহাক পেতোনি !

মীনাইমচা নঙ্নসু !

( মমায় ওন্দুনা চৎকে তোই— পেত্রোবা শাবা পেতোনা থবাগী ওয় থংবা মথুদাং মথুৎ অনী চঙ্না ফারগা )

পেতো— ঙাইবিখোনে ইথেম্মা,

নবুংঙোম্না ঙাইরিনে ।

থবামানবী— করি মীনাই কৈদৌবা !

(হৈক্রাং শংতুনা থিনগে তৌরবদা তরংলেন চেনাশঙ্কুনা থবাগী থাঙ্ শায়বা মথুৎ কায়রে— হৈক্রাং মুনথরে )

তরংলেন— নৌজরিবী শাম্নৌসু

মীগী ঈঙাঙ্ পাম্মোইকো !

থবামানবী— কনানো ! নঙ্ কনানো !

তরংলেন— চৌক্লা থোকপী থবাগী

হুংশি লাইজ ঈরীবু
ঈখৌরাংনা ঙাইরিবা
থাজ তরংলেম্লিনে।

থবামানবী— মচায়বুংঙো থাদোকউ
ফান্নু, মপু পানগ্রবী
রাশক চেৎপী থবাবু।
নত্রবদি চোপ্ চনি।

তরংলেন— করম তৌনা থাগনি
চীংশাং কয়া লান্দুনা
লমশাং কয়া কোয়হুনা
রানা ফংনজরবী
ঈচীক হুনবী থবাবু
থানা করম থাগনি।
চীল্লোক-চীন্দিন্নহুনা
অসুম তামিন্নগনি
পূন্সি ইরেন ঈপাক্তা।

থবামানবী — থাদোকউনে নহাকপো।

তরংলেন— ঐহাক থাবা ঙম্লরোই!
চৎতুম চৎসি নিংথিবী।

থবামানবী— নঙ্গী নশা নউদা
ঐগী ইখোঙ খুয়াগী
উফুল তাহম্লিংদ্রে'দি
ঐবু তন্না থাদোকউ।

নঙ্গবদি মীচোপ্পা
নথা মতা ফবদা
ঐগী খোঙ্গুল তাজনি।

তরংলেন— তুমিন লৈয়ু চৌম্থীবী,
নখোন মেক্ হেক্ লাউবদা
কংলৈপুংবু কোল্লিবা
পাফন মানা খঙ্ সন্থু
নথা মতা ফবদা
থাঙ্না থুম্না থিল্লগা
নঙগী য়াইবি চুপ্কনি।
চৎলু চৎলো চৌম্থীবী।

(খবাবু ইন্দুনা পুই— মতম আসমক্তদা ফিম্ন শেৎপা নীপা অমা তাবাক্ অমা পাম্নরগা মমাঙদা লেপ্লরে— মখোল ওন্থোক্লগা হায়রকই)

ফিমু-শেৎপা— লেপ্প, খোঙদোয় হুনৃগন্থু।
খোঙথাঙ 'মতং থাংবদা
য়াইবি মাঙলে খঙঙ্হে। (পুন্নমক্ চপ্ লেপ্পী)
ফান্থু মাবু থাদোকউ। (থাদোকই)
নিংথৌমচা তরংলেন,
অঙম্বনি তাক্তুনা
মশানদি য়াদনা
নম্জা নমথেক্লদুনা
মীবু হেক্মক্ মফাবা,
মুপী হায়বী অসীবু

নীপা ওইবা নখোয়গী
শান্নপোৎনী থনূবরা ?
চৎলু শিনিংব্রবদি
মনা মনীল্ নাইদনা
লোম্ন থুম্বা চেঙখ্রো ।
নভ্রবদি মীচোপ্পা,
মীয়াম হোত্তোক্লক্কু্না
নথম্নায়ত্নু মাঙজনি ।
চৎলু, চৎলো য়েংনিংদে !

( তা চীঙ্না চীঙ্না অনীগী মতুংদা থম্ন চৎলুম্নগা থবাগী মনাক্তা তম্না লাকই । )

মুপীনবু অহীংদা
মপান থোকপা হৌনব্রা !
ঙাবু উবা মফমদা
তাম্নবগুম ফানবা,
নূরা ওইবী নঙবুসু
কোয়তান্ তাম্নরিবনি,
থবা মাসী খঙঙ্নে ।

থবামানবী— অতৈ লায়রি হায়দোকউ—
নহাকসীবু কনানো ?

ফিমু-শেৎপা- চৎলু, থবা হংগনু
ঐহাক নঙগী হক্কন্নি ।

য়েখায় থিনগায় লৈত্রিঙৈ
য়ৌহৌ নঙগী নিঙেঙালক্রা।

( থিন্‌বিয়কই—থবানা হেক চঙ খিবগা ফিমুশেংপা মমায় লৈথোকক্লাং-লক্তি মতম অসীদা মীংকপ থোরক্লনা কোন্দুম্না ফিমুশেংপবু উরে—লাউয়কই )

কোন্দুম— হো হুরানবা চঙ্‌লে,
হো হুরানবা চঙলে।

( কৈরুঙ্‌বা হাঁপ্লন্নবগী ফুক হৌগত্‌না পুথুমদা য়াল্লিবা তেনগা তেঞ্জেপা পায়রুনা )

কৈরুঙবা— হা কদায়দা, কদায়দা।

( চেম্বোক্লকই—শুমাঙ মতোল ওইগ্লা চংলিবা ফিমুশেংপবু উরদুনা মাঙোন্দগী চোংথয়গা তেন্‌ কাপ্পী—ফিমুশেংপা মনম্‌গন্দা তেঞ্জেনা লেংদুনা )

ফিমু-শেংপা— ওঃ! ওঃ! ( হায়দুনা তুথখি )

কৈরুঙ্‌বা— হা হা হা হা হা!
পাল্লে পাল্লে, তুথখ্রে!

( কৈরুঙ্‌বা কোন্দুম চেন্‌শিল্লকই—থবা ফিংনা চেম্বোরক্লনা )

থবামানবী— কনানো নঙ্‌ কনানো!

( ফিমুশেংপবু পায়দুনা )

পাখঙ নঙবু কনানো?

ফিমু-শেংপা— ওঃ! ওঃ! ( হায়দুনা ক্রৎ ক্রৎ ওন্দুনা লে )

কৈরুঙ্‌বা— পেল্লে ঐহাক তুংঙাইরে,
হুরান ববু হাত্তোক্লে।

থবামানবী— হায়র্ম্ম পাখঙ্ থুপকন্, 
নঙব্ থবাই কনানো ?

ফিম্ন-শেংপা— থবাই হক্কম্রবীনি ।
থাগী থয়া নক্চনা
থবা নঙ্না ঙানুবদো
লৈচীল ফিজঙ্ হাংলগা
সুংশি সুংশি য়েংছুনা
কবোক্লৈনা পেঙ্গগে !
পাল—হৌ – রো !

( খোর অমুক হোনক্কে )

কৈরুঙবা— কবোক্লৈ !
হা হা হা হা হা !

থবামানবী— ইতা, খোইনৌ ইতারোই !
রাথোক চাউবী থবাগী
পূকন্-হকম্রবদা
য়াইবি মাঙলবরনে !
ইতা ইতা, চাম্রবী !

( মতাবু কোন্দুনা নোং খোঙগুম কপী )

———

তরুবা উদ্‌পা

# কংলৈ কোনুং

মকুম—মীফাকম

মতম অমুক চাকচমাঙ

( নিংথোগী শঙ্গায়দগী থরদং থাপ্পা লৈবা যুম অমদা থাগোই কাম্না থম্লি—অকোয়বদা খুংঙায় পায়বা লাম্নীশিংনা চেকশিন্না ওাক্লি—যুম অসীগী মনুংদা ফক অমগী মথক্তা ওৌবোং অমনা মথ্‌ং কাওবা কুপশিল্লগা থাগোই তুম্লী—শম্বাক্লোয়গা কোম্বীরৈগা লাকই—ওাক্লিবা লাম্নীশিং হন্দোকখি—শঙ্গীক্লোয় থাগোইগী মমাঙদা থাপ্পা লেপই—থাগোই মমীৎ পাংথোক্‌না য়েংলম্লগা অমুক হন্না উইশিনখ্রি ।

কোম্বীরৈ— করি মতৌ কৌবগে
নূরায় মায়থোঙ্‌ উরগা
মীৎম্না উইশিনূবিবনু
য়াম্না হংগোইবিবরা ?

থাগোই— নূরা মাগী নীংথিবী
মায়থোঙ থম্বাল অপানবী
ইতীক লৈতে ঐহাক্কী
পূংয়ান চানা য়েংবগী ।

কোম্বীরৈ অমুক মীওৎপিরম্নু,
য়েংবিনবা লাকপনি
য়েংবিয়ুবা কৈদোগে ।

থাগোই— ঐহাক য়েংবা ঙমজরোই,

ইতীক ইপা নচ্চদে।
নবেম্বর পুন্থনা
চৎলোগবা কোম্বীরৈ।

কোম্বীরৈ— তম্থিদকো নহাকসে
ইকায়থিবী সুজানা
ইকায় ইকি থাহ্না
নখোঙ্ থূম্না কোন্দুনা
নিজরবা ফাওবদা
নঙগী সুংশি ঈচেনগী
ঈরীক মচেৎ অমফাও
পীবিদবা অসীবো
নহাকসীবু নীপারা ?

থাগোই— থম্মোয় শোকপা ঝাঙাঙ্না
অমুক খোয়হোৎপিরম্‌
ঐহাক তাবা ঙমজদ্রে।

কোম্বীরৈ - হায়য়ু পাখঙ্ অত্তুদি
মথোক কাখৎলক্পগী
মহী ময়াঈ কল্লবা
অপাম্বগী ময়াঈনা
সনা হকচাং থূমহ্না
ঈবু খেগৎলক্লবী,
অত্তুদি ওইরগা

ঈতীয়্নবৈ হয়াওবা
শুংঙাইবদি কংগ্রেবী
ইবেম্মগী পুলিসে
মাঙলবস্থু নমাঙ্দা
নমীৎ মীচ্চী অত্থনা
ঙম্লগত্রা য়েংদবা ?

থাগোই— করম তৌনি ইবেম্মা
নূরা মাগী মরাম্না
মপোৎ ফাজবত্থবু ।

কোম্মীরৈ— হা হা হা হা অঙাওবা !
নূরায় করি মরাম্নো ?
শুংশিববু মরাম্না ?
নরাম্নংত্থম ওইজনি.
শুংশিরুত্থ য়াবরা ?
মাবু থিংবা ঙম্ন'দি
পলেম পম্থৌ ফাওবদা
য়েংথচ্চবা ঙমগ্রবী,
নিংথৌ মচা শজীক্না
লৌমী নঙগী নফমদা
নিজরুনি করিগী !

থাগোই— নূরা মজা ইবেম্মা,
রাগৌবিত্থ থাগোইবু ।

অফুবনা হানখয়ে,
অকনবনা কোনখয়ে।
মুংশি হৈবী নহাকী
চানবী মুংশিবিবনা
মুংগুম্নবা থম্মোয়বু
লৈতানুগুম্না পেৎহল্লে।

কোম্মীরৈ— হায়মু অছু ওইরদি?

থাগোই— অছুম্নদি ওইরগা
তমথিরবা ম্নাশক্কা
থম্মোয় ঐগী থোৎলবা
মীমুংশিবু খঙ্ড্রবা
শাথিরবা শা ঙাগী
ওইহনবিরে থম্মোয়দো।
লেংথোকপিখ্রো ইবেম্মা
শাগী ম্নাঙাঙ্ থীরবা
অমুক ঙাবিদনবা!

কোম্মীরৈ— করি হায়বা অয়ম্বা!
নহাকসীবু নীপাম্না!
নত্তে, নীপা নত্তে নঙ্!
মুংশি মশক খঙদ্রবা
মুপী নীপা য়াম্নবা
মীম্রক ওইনা পোক্লপনি

থাগোই— চখোকপ্রোনে কে রৈ।
থৌগল-লোনচং খক্ত্রবা,
লোন-শুত্রবা থাগোইগী
য়াথী য়াশা তাহনা
ইকায় শেঙ্গোই লাংগেল্লা ?

কোম্বীরৈ— অচ্চা ! নঙ্ গুম্বনস্থ !
নিংথৌরেনগী মমোয়োন,
নুরা তম্ফা শক্লীক্লোয়,
লৈপাক কয়া কয়াগী
মতীক মঙাল নাইরবা
নিংথৌশিংগী নিংথৌরেল,
নিংথৌ মচামক্কস্থ
মাগী মীৎলৈ অমত্তং
ফংবা ঙমৃজদবনা
থম্মোয় খুহ্নম শুহনা
নীংবা কায়না হনখ্রবা
অহৃগুম্বী শজীকপু
লৌমী মচা নহাক্লা
মুপী ওইনা নীংদবা।

থাগোই— নীংথি ফজৈ হায়হ্নবা
শোম্নরিবা পোৎশক্তো,
পামজ-য়েংজ নীংদবা

মহাক্তুগী কাদদি
করি কান্নক্পগনি,
অরেম্বনি, অরেম্বা !

কোম্বীরৈ— অচ্চা পাখঙ্ কৈদৌবা !

থাগোই— মীনা তানবা ফংত্রবী,
মূরা তম্ফা শজীক্লোয়,
খুত্তা তাররবস্থ
ফংগে তান্নিংদবনা
লৈরাং অতিংঙানিনে !

শজীক্লোয়— অচ্চা ! লৌমী মচা তোনাম্বা
ঐবু তাংখী তাঙয়না
চৈহৎ-তুহৎনবগী
ঐনা নঙ্‌বু নাংব্রাহে। (হোজ্জিনখিত্না)
হায়যু, হায়খো তাখিসি।
(হায়তুনা খুপাক্পা থাগোইগী মখজাইদা
ওন্না ওন্না থারগা)
অমুক্তংগা হায়খোনেহে !
(খয়া হন্দোক্লকই)
খঙ্‌জহৌহে অপঙ্‌বা,
হুনা খোইহি ওনবদি
শিদ-নাদ হীদাক্তি ;
খোইহিনা হু ওন্নবদি
শিননবা চনুবনি।

থাগোই— চানুবি হুংশিবিবদৈ
কল্লক-য়েংখিবিবনা
থোইনা পামজে থাগোইনা !
লেংশিল্লক্লো ইবেম্মা,
শিননবা ফুজরো ।

( থাগোইবু ভিঙক ভিঙক
য়েংলম্বদগী থাঙবা ভুক্তুনা )

শজীক্লোয়— নঙোন্দা ঐ লানুথরে
ঐবু নঙনা ঙাকপিয়ু ।
হুজাচানি থন্দুনা
ঐবু লৌশিনুবিয়ুনে ।

( হোজ্জিনক্তুনা থাগোইগী
মমাঙদা তুপে ভোরবদা )

থাগোই- হায়রু হায়র'মক্তদা,
চৎখ্রো চৎলো লোনম্বী ।
নিংথৌ মচা শেংজ্রবী ।

( থোঙ বাংমলোমদা কল্লা ইল্লী, শজীক্লোয়
নীংথেংননা তুই—মতৌ য়েংলম্বা কাদাম্বা )

কাদাম্বা— অচ্চা ! ঐগী ইমোম্বো !
নিংথৌ মচা শেংজ্রবী !
শঙ্লিংবা !

( থাঙ পায়রুনা শঙ্লিংবা চেম্বোরকই )

শজীক্লোয়— পম্বৌ !

( হায়না ফুক হৌগত্‌না থোঙ্‌ময়ায়দা লেপ্‌না থিংজৈ—শঙলিংবা লেপ্পী )

কাদাম্বা— হায়, ইকায়বা খঙদবী।
পোইরৈ সনা লৈপাক্কী
ফম্বাল ফন্নেন তোংলিবা,
নপা নিংথৌ ঐহাক্কী
মমায় য়েংনা চৎতবী,
তোল্লিদকো নহাক্না
কংলৈ নিংথৌ কাদাম্বে
মমোম ওইনা পোকপদে।
তুক্কচৈদা য়েংবদা!
ঐনা পোকপী ইমোম্মি
হায়জনীংদ্রে নহাকপু।

কোম্বীরৈ— ইপা নিংথৌ, লায়িংথৌ!
ঐগী ইবেম্মা শজীক্লোয়
ওয়গী তম্ফা রাঙম্নোন,
মপুরুংশিরিবীনি
চৈহৎপিন্থু নমোম্থু।

( হোচ্চিনখিন্থনা )

কপ্লবরা ইবেম্মা ?

( হায়দুনা মবেম্মগী শিন্থরক্লিবা মপি কিজীনা তৈথোকপী )

কাদাম্বা— ইপায় ইমোম কোম্বীরৈ,
মাগী নাক্তা চঙ্লুনু--
মপা মপূ্ কনাগী
মমায় ঙাক্না চৎত্রবী,
মনীং মখা তম্লবী
ঙাওচৎনরবীনি মা।
নঙ্সু চূরুংজনিকো।

কোম্বীরৈ— পীক্লা লমচৎ খঙলবী
ঐগী 'বেম্মা শজীক্লোয়,
মনীং কৈস্সু তমজদে !

কাদাম্বা— করি হায়না তম্দ্রিবা !
মতীক মঙাল নাইরবা
মশুঙ-মমান্নরবা
কয়া কয়া ঐনা পী ;
মানা লোইনা কাওথোকই।
নামৈ চন্দ্র শম্লবা
লোমী মচা অমবু
থবৎ তৎনা ময়াম্নে।
সীবু ঙাওদ্রিব্রনেহে।

কোম্বীরৈ— করম ভৌনি অহুবু
মঙাল নাইবশিংহুদি
খোইদারুদে নমোম্না।

সনা য়াথং তাবিসি
"ঐগী ইমোম শজ্ঞীক্লোয়
মানা পাম্বা মকাদা
রাইথুংহন্নি" হায়ত্নুনা।
সনা য়াথং তুংইন্না
খোইদাজবা খনববু
মনীং তম্বা কৌগদ্রা ?

থাগোই— কংলৈ পুংগী পুমারেল,
ননাই ঐহাক হিংবনা
নীংবা কয়া কায়নরে।
ঙাঙ্‌নরিবা রাঙাঙস্থু
থানরিবা খোন্‌ফমস্থু
ননাই তাবা ঙম্‌জদ্রে।
লেংশিল্লক্লো ইনিংথৌ,
ননাইগী ঙক কক্লগা
ঈংনা পানবিহৌরোনে।

কাদাম্বা— হায়! লৌমীমচা নরাঙবা!
নঙ্‌গী অথুপ্‌-অরোন্‌বা
খঙ্‌লে ঐনা শিংশীংনা।
মাগীদমক নহাক্লা
মীগী চৈফু চাহ্নুনা
রাথী খোম্বী তারিবা

অতুগুম্বী মহাক্তো
ঐগী য়াথং তুংইন্না
ঙসি লুহোংথরনি।
নঙনা করম তৌহৌনি!

থাগোই— সনা য়াথং তুংইন্না?

কাদাম্বা— উম! ঐগী য়াথং তুংইন্না!
ঙসি মাবু হোংদ্রবা
শাগৈ তক্লা হাৎকনি;
খঙহনথরে মহাক্কী
মপা কৈরুঙ্ পুরেন্দা
হা হা হা হা হা!
নঙ্না করম তৌহৌনি!

থাগোই— নমোম ইবেম্মবুদি
ব্লারকপিবা ঙমদ্রগা
মীগী মীচাবোক্‌পুদি
ব্লারকপিরিবোইরেকো!
হা হা হা হা হা!
ননাই লৌমীমচানা
নোকচদবা ঙমজদে!

কাদাম্বা— অচ্চা অচ্চা, নঙ্নস্থু
নিংথৌ ঐবু নোক্লরি!
য়াইবি মাঙ্ নিংবরহে!

শজীক্লোয়— ইপা'বুংঙো লেংলক্লো,

ৱাথোকচাওবী নমোমগী
ইডক্ অসী কল্লগা
ঈংবিহৌরো অপোকপা।

কাদাম্বা— তাজ-য়েংজনীংদরে,
ঐবু করম হিংসিবা।
ইয়া! হায়বা ইন্দবী!
নঙ্‌বু পোকপা নপাবু
খরায় থক্তা হাল্লগা
কোয়না য়োন্‌বা ঙম্লবী।
নহাকথক্তে কাদাম্বা
নিংথৌশিংগী নিংথৌরেন,
চীংনা কোয়না পন্‌শাবা
পোইরৈ সনা লৈপাক্কী
মনীংতম্বা নিংথৌবু
খোঙ্‌বী খোঙনাওগুম্লবা
লৌমী মচা ফাওবনা
কুৎশিং কুৎনা হায়হল্লে।
ঐগী সনা কোন্নুংদা।
নখোয় লৈবিরগনু।
লৌমী মচা অসিবু
কদায়দনো পুত্রনা
চৎপিখরো হৌজিক্‌মক্।
ঐবু করম হিংসিবা! (চৎখি)

শজীক্লোয়— থাগোই। (হায়ছনা মমায় লৈশিঞ্জরকই)

থাগোই— তুমিন লৈয় লৌনম্বী,
নম্থাক তৌবী, মীওৎপী!

শজীক্লোয়— করি! ঐবু লৌনম্বী!
নম্থাক তৌবী, মীওৎপী!

থাগোই— মানি নহাক লৌনম্বী,
হুংশি মশক্ খঙদ্রবী
হিংচাবীনি, মীহাৎপী!

শজীক্লোয়— ওঃ! ওঃ! ঐহাক্পো!

থাগোই— ঐগী রাবা উরগা
হুংঙাইরিবা নহাক্না,
কৈশুমশঙ্দা ফাহুনা
নৈহৎলগা শা-ঙাশুম
নঙনা পেল্লিবসীবু
লৌনম্ তৌবা নত্তরা?

শজীক্লোয়- নত্তে নত্তে শঙ্ লাল্লে,
উজনীংবা শক্তমদো
উজনবা তৎতনা
ঐনা নঙবু ফাবনি!

থাগোই- হুংশিবগী মফমদা
হুংশিবনা চৎতৌবা
লমচৎতুবু অসীরা?

নুংশি'রিনি হায়তুনা
নুংশিরিবা মীতুবু
খাম্বি থক্কী কম্বীদা
কাননবা ঙৌরগা
মনুংশিনো করম্বা
মঙোন্দগী নহাক্না
ফংদৌরিবা অসীবো।
নহাক লৌনমচাওবীনি
মীহাৎপীনি মীচাবী,
লাক্লো ঐবু চাররো।
শজীক্লোয়— নুংঙাইবনা নহাক্কী
নুংঙাইবনি ঐহাক্কী।
নঙবু নুংশিজবনা
থাঙ্গৈশেংবা ইরন্নি।
নঙগী ননীং থুংনবা
ঐনা নঙবু থাগনি।
উজনীংবা নহাক্কী,
মায়থোঙ থম্বানতুদ্দদি
উহনবিয়ু তৎতনা।

( হায়তুনা থাগোইগী পুক্নিবা পূন্নমক্ থা দোক্লে— থাগোই শজীক্লোয়বু হন্না য়েংলমদনা কৈতুম্‌শঙ্গী থোঙ কাম্বোক্‌না চৎখ্রে—শজীক্লোয় থোঙথাঙ অনী মরিদং তান্নরকই—থাগোই অরেপ্পা লৈতনা চৎখ্রি— মীংবা কায়রবী শজীক্লোয় মমীভা ঊন্না চেন্দুনা থম্মোয় ফুক্না )

শজীক্লোয়— থাগোই !

( হায়না কৌরকই—অসিগুম্বা থম্মোয় ফুক্রবা খোগেল অসী তাবদা থম্মোয় কল্লবা থাগোইগী থম্মোয় পেৎখ্রমাল্লে—খোঙ থাঙ চপ লেপ্পু্না মমায় লৈশিল্লরুগা শজীক্লোয়বু চিংনা য়েংলকই—অচুবু অপু-নবা অমনা পুন্নবা ওইবনা হুংশা মপী ফুন্না হোল্লম্লগা থাগোই মমায় লৈথোক্লু্না চৎখ্রে—শজীক্লোয় নীংবা কায়না )

শজীক্লোয়— থাগোই !

( হায়না কৌহুনা মখাম্লৈ—থাগোই অমুক মমায় ওল্লক্লে—মমীৎতনা ঈয়া চেল্লবী শজীক্লোয় লেপ্লবদগী লোশিং তাদনা লৈমায়দা তুথরক্লবদা )

কোম্বী— ইবেম্মা !

( হায়না মবেম্মবু ঙাক্লু্না শূপকোন্ কোনশিন্জে )

---

## ৪ শুবা উংপা

### কাইরঙ্

### কৈরুঙবগী মরানয়ায়

**মকম—শূমাঙ্**

**মতম—পন্‌গায়কপা মতম।**

**(অয়ায়দগী ইশৈ শক্লক্লি—থবা মাংগোম্মা লেপতুনা ইশৈগী মতাং মতাংগী মতুং ইন্না মীংথৈ নায়ে হোংল হোংল চুংশা মপী হোন্দোক্লক্লি)**

**ইশৈ**

শাদানূবগী পোন্দগী
অপায়মূদম্ তমত্থনা
চুংশি চেক্লা পাইরক্লে
পোনগী পোম্বী থিরক্লে।

পোম্বী নঙদি কমদোনি
নমাঙদনা লাংথাক্লে
তুংদা তেনবু তম্রক্লে
মাবু করম ওক্তোরি।

চেক্লা মাগী তুংদস্থ
শাদানূবনা তাল্লক্লি।
ফাজিন্দুনা লোচ্চহৌ,
নম্রবদি ফাগ্রনি।

চুংশিনবা অনীগী
নিংন-পরৈ মরক্তা

লৈবা খিৎসিক কেম্বনি
নীংনবতা হোংনহু।
( ইশৈ লোইরবদা )

থবামানবী— ঐনা মাবু ফাগনি,
ঐনা মাবু ফাগনি।
( চেনথোক্কে তৌরবদা কৈরুঙ্‌বনা ফাই

কৈরুঙ বা— ইমোম নঙ্‌বু কৈদনো ?

থবামানবী— ইপাম্‌ ইরানৃয়ায়সীদা
লৈজররোই ঐমক্তা
ঐবু ফাবিরগনু।

কৈরুঙ্‌বা— ইমোম, নঙ্‌বু ঙাইখোনে ;
ইপায় পাওমেন তাখোনে। ( খাম্বী )

থবামানবী— থাদোকপিরো অপোকপা
হিংজমনৃগী কান্নদ্রে,
পাঞ্জমনৃগী তোংজদ্রে,
লাইবকথীবী ঐমক্তা
লৈজররোই তাইবংদা।

কৈরুঙ বা— ইপায় ইমোম তপ্‌থখো।
অত্থু-অত্থুৈঙদদি
নঙ্‌বু ঐনা শাউরম্মী।
লহান নোংমা থোকখিবা
থৌদোক-রাখোক্তুদগী
ঐনা নঙবু মঙোন্দা

পীগে নীংত্রবনিনে।
শিক্-আ ! ঐগী ইচাবো !
হৈস্নু লৈস্নু নত্তনা
থৎকে ক্কোয়গে তৌরম্বা !

থবামানবী— পম্থৌ, পন্‌বিরন্নুদ্দা !

কৈরুঙ্‌বা— নঙ্‌গী হক্কন্নবদা
লাইবকথীবী অমনা
থাগুথক্তা কেম্‌থিবা,
ঐবু করম থাংসিগে।

থবামানবী— ইতা ! খোয়নৌ কবোক্লে,
ঐহাক হিংজনীংদরে
ঐবু লৌবিররোবা। ( কপ্পী )

কৈরুঙ্‌বা— মহাক্ অমুক্ লাক্লরোই
ইতা হায়না কৌতুনা
নঙবু হক্কল্লরয়োই।
কপ্লগম্নু ইবেম্মা,
খোয়ুম মাগী নোংদম্বু,
মীনা তস্বা ঙস্বরা !

থবামানবী— কান্নররোই অপোকপা
ঐবু থাদোকপীরোদ্দা !
মপোকসীদি হল্লক্কী
অপোকপগী নয়াথং
ঙাক্তুবগী ইরাম্দো

ইপোৎ ফানা পুহ্না
লোমজগ্রগে ঐমক্তা ।

কৈরুঙ্বা— ইপায় ইমোম অহুবু
নহাকথক্তে করম্মা
অস্থক চাওবা শাগৈবু
তুম্মা মাঙহল্লসিগে !
মৈদৈ হেম্মা চাক্লবা
নিংথৌরেন্গী য়াথংনি ।
কমদৌসিগে ইবেম্মা !

থবামানবী— মচাগীদা ময়েংবা
মীচাগীদি য়েংদবা
অহুগুম্বা মহাক্তো
করম্বগী নিংথৌনো ।
করিগীনো মহাক্লা
পাম্জদবা অমবু
মচা পীনি হায়রুনা
ফাজিন্বিগ্রিবসীবো !
করিগীনো ঐহাকপু
মচামকস্থু নত্তনা
থাজ য়োঞ্জবিবনো ।

কৈরুঙ্বা— মাহু খিবিক উত্তনা
ঙাঙ্নববু ঙম্ন'দি
ঙসি ঐনা করিগী

ময়াথংবু ঙাক্তুনা
ইপায় ইমোম নহাকপু
পামৃজদবা মকাদা
য়াইথুংলুরো থাগনি।

থবামানবী— মাই-মাই, ঙমজরেংই,
নিংথৌ মাদি হায়রুস্থু
অপোকপগী য়াথংফাও
ইনৃথরয়োই হায়ত্বুনা
শিবা লাকপা কিদনা
লৈজরবী থবানি।

কৈরুঙ্‌বা— ফরে ফরে অহুদি
ইল্লহুসি য়াথংসী।
নঙগী হক্কন্নবদা
ইপায় য়াইবী মাঙদৌরি।
ইমোম নঙগীদমক্কি
ইপাবুদি শিপ্রগে।

থবামানবী— পম্মৌ।

কৈরুঙ্‌বা— শাগৈ সীনা তুমথ্রদি
কুমিৎ থানা নোংদোম্না
থোক্কি-পাল্লিমথৈদি
ইপা ইচা অনীমক্‌
মীরয়েন্দা য়াওদ্রবা
লাইরয়েন্দা তিত্রবা

ইমুং ৱাঙ্গোয় শয়াইবী
ওয়রহনা ইবেম্মা
কোইপাই পাইরসিরমে।

থবামানবী· অহুম অহুম ওইনমক্
নমোম সুকণ্ডম্ ঙমজ্রয়োই।

কৈরুঙ বা- নঙবু নেনা তাখোনে।
শাগৈ ময়াম কন্নবা
ইপায় য়াথং ইন্দুনা
হোঙ বদদি হোঙ্‌লসি।
নোংমা ফানা লৈরুম্মু
নঙগী লমচৎ কায়ত্রিঙৈ
ইপায় তান্না চেল্লক্‌উ।
খোয়ুম মানা খঙ্‌সন্নু
ক্বাগে তান্নরক্‌পদো
নিংথৌরেনসু ওইসন্নু
খুত্তা খুৎলাই পায়হনা
মাবু মায়য়োক্লুথোক্কে।

থবামানবী- পঙ্খৌ। করি য়ানোনে।

কৈরুঙ বা· থেংজিল্লক্লে ইবেম্মা,
কাইরুঙ কোমুংলোমগীদি
শেম্বা শাবা লোইহৌরে।
মীয়াম তিন্‌শিল্লক্লনি।
চৎসি লাক্‌ও ইমুংদা। ( মথুং পারহনা চিংই )

থবামানবী— থাদোকপীয়ু অপোকপা,
ঐবু থাদোকপিয়ুনে। (থাঙভি)

কৈরুঙ্বা— লাওনে ইমোম চৎসিনে,
ঐনা হায়বা ইল্লুনে।

(চিংশিনথি কোন্দুয়া পুহোংকায়চিংবা থাবা হোৎনরি—মীয়াম তিন্নকপগী মখোল বা বা লাউবা তাররি—"নীপা য়েৌরক্রে; নীপা য়েৌরক্রে" হায়না ঙাঙ্নররি—থয় অমনা "লোমদা লেংশিনবিয়কউ, লোমদা লোমদা খুদাদা; য়াম্বা মীদা লেংশিল্লো, ইনাও মীদা কমসি লাও, হায়না কোয়নিন্ নিয়ররি—"হৈয়াঙ্ অসী লৌবিশি; লৈম্বাং অসী চিনবিশি, লোমদা খুদোঙ লৈজয়ে; মীদাক অসী কানবিয়ু" অমুয়া লোকপা য়াও লাউবা য়াও অমুক তোয়না বা বা লাউনরক্রে—লোলোরিবা মী খোরক্রে)

অশোনবা মী— শাবী শানৌ অনীমক
পুথোরকপা য়াররি।

(হায়না লাউনরক্রবদা লেম্নবনা লেন্দুনা তরংলেম পুহোংকাম্বা কয়রে —থবামানবী খুপী অমনা মথুৎ শমৃদুনা পুথোরক্লগা লেম্নবা মীদা শিয়রয়ে— লেম্নবনা থবাধু শঙ্ মরোম্বা থারিবা লোক্লেক্তা খুপী মরক্তা কমহল্লয়ে— "নীপানা কজে; খুপীনা হেল্লৌ" হায়না থৎনররি—খুপীলক্পী; হৈমা! নীপাসীদি কৈনোদা! মমীৎ মনা কুপ্লেদা উগী হংদো মানজ্রাও!

অমনা — হোইনে হোইনে অওই'নি;
লাইনিংথৌ কোমায় মাল্লদ্না!!
(নীপালোমগী মীনা)

অমনা— য়েংঙু য়েংঙু খুপীসে
মীয়াম মাঙদা উইরিসে।

অতোম্বা অমনা— হোয়নে তুথরক্ত্না
মনাতোনসে কোম্বিকো !

( অসুম্না অহু অমা হায়হুনা ওাঙ্রম্বিং মরক্তা
অশোনবা মী লেপ্খৎলক্ত্না হায়রকই )

অশোনবা মী— য়ুম্বাম্লোম্দা তাইবংগী
নৌনা খোঙ্দাদোরিবা
শাবী শানৌ অনীমক্,
ওসি নখোয় অনীগী
পুন্সি লৈপুন হুমিৎনি ।
পুন্সি লৈপুন হায়বদি
লৈনা পুনবা হায়বনি ।
ওক্তা লৈরাং পরেংনা
হুক্লবগী মরমদি
তৎন থানদনবা
অনীমক্কী পুন্সিবু
অমথক্তুং ওইনবা
ফাজিন-পুনশিন্নবনি ।
লৈরাং পরেং হুক্ত্না
পুন্সি ম্নাখৈনর'দি
অমনম্হু অমবু
থাদোক-হন্দোক্লফদ্রে ।
অন্না হুংঙাই পুন্সিগী
থুংলক্লিবা শরুক্তো

য়ামিন্নরদৌবনি ।
ঙসি কৌবা নোংসীদা
থক্তা নোংদোল্লৈমা-পু
খাদা মালেম লৈমা-থম্
য়ায়দা চিংঙ্ খোয়ুম-চল,
পুরোল অছুম কৌথরে
অতা অউ ওইররে।
ময়াম্সীগী মমাঙদা
পূক্লৗং পরৈ চেৎন-লৈ
নখোয় 'নীগী নপুন্সি
লৈপুল ওইনদৌবনি ।
চঙশিল্লক্লো নিংথিবী,
নশাবি নমান মচাদা
লৈরাং খূজোক কৎলগা
ঙকশম লুপ্লাং মকোয়দা
লৈরাং পরেং হুক্তুনা
পুন্সি ন্নাখৈজররো ।

( শেন্নবনা থবা পুশিল্লক্লে—পূং শেল য়ৈরক্লে—তৌত্রি শেনা খোংগৎলে—মী পুন্নমক থবাবু মমাৎ কুপ্তনা য়েংনরক্লে—ময়া হয়িঙ পাইশিনবা খঙন-দয়ে—থবা লৈ কোইবা হোরে—লৈ খুজোক পায়হুনা চাইবদা তরংজেনগী কোক্থক্তদি তাদ্রে—মাগী ওয়দা ফাল মথক্তা তাথ্রে—নীংজবা মতোন্দা মপূক্লৗংনা লাকশিন্দুনা কচ্চরিবোই—মীয়ামদি "কৈনো কৈনো" হায়হুনা বা বা লাউনরক্লি—অস্থুয়া তরুক্লক শুনা কোয়য়বদা শেন্নবনা থবাগী মখুত্তা

লৈ পম্বেং অনী পীরে—থবা লৈ পম্বেং পাম্বদুনা কোয়গে ভৌবরুবদা—থাগোই অঙাওবগুম্না মীয়ক থারদুনা শঙ্‌গী মচাকপী কৌদুনা হোচ্চিন্নক্লি )

থাগোই— থবা—! থবা!

( হায়না কৌরকই—থবা থাগোইবু উরদুনা )

থবামানবী — থাগোই—!

( হায়না কৌরমগা থাগোই তম্না চেনশিন্নী—লমখাঙদা শেম্নবনা থবাবু কারে )

পেতো— হাৎলু হাৎলু থাগোইনি।

ময়াম— হাৎলু হাৎলু লোইশিল্লু।

( হায়দুনা কুক কুক হোগৎনরকই—মীয়াম্না থাগোই থবা কোয়শিনখ্রে )

খরনা—চৎলু চৎলু অঙাওবা!

( হায়দুনা থাগোইবু ইন্দি—মপা পায়দুনা চিংলি )

খর অমনা— হাৎলু হেক্তা হাত্তোকউ।

( হায়না লাউর-লাউরদুনা শঙ্গম খেন্নগা চেনশিন্নক্লি—মতম অসীমক্তদা কংলৈ লাম্মী ময়ামগা শজীক্লোয় কোম্নীবৈগা লোয়ননা থুংলম্নে )

শজীক্লোয়— কাইরঙ্‌ মচা চায়থোকউ
অরেম্বদা শিজনি।

( মীরক থায়দুনা হোচ্চিন্নকই—কংলৈ লাম্নীনা পুম্নকোয় কোয়শিল্লী—মীয়াম থাইদোক্তুনা চেন্নখি—তরংলেন হোচিন্নকই )

তরংলেন— মচা'বেম্মা শজীক্লোয়!

শজীক্লোয়— তুমিন লৈয়্য ঙাঙ্‌ফদে!

তরংলেন— তুমিন লৈবা করিগী ?
লোমী মচা থাগোইবু
পুগে পুথোকপিখরো।
থাদোক্লকউ নত্রগা
য়েক্লবনি মা ঐগী
ঐনা মাবু হাংকনি।

শজীক্লোয়— তুমিন লৈয়ু হায়রগা!
ফাওহে লাম্মী হোচ্চিল্লু।
( তরংলেনবু লাম্মীনা কোয়শিন্নী )
রাঙাঙ মখা তার'দি
য়াইবি মাঙলে খঙঙ্হে! ( খবা মানবীদা )
লাইবক ফবী ইতারোই,
উত্রিনৈদি ঙাওরগা
উজরগা সুংবংলি ?
লাওনে ইতা চঙলক্লো,
( মখুৎ পায়দুনা চিংলক্লগা থাগোইগী মনাক্তা লেপ্ল্লে )
হূকউ লৈরাং পরেংদো
নমান'চাগী ঙকশমদা!
লাইবক থীবী নতানা
পেন্না 'মুক্তা য়েংজগে!
( মখুৎ পায়দুনা খবাগী মখুৎ থাগোইগী
মঙক তমহন্নক্লি—খবা নাহোক্লগা )

থবামানবী— পূকচেল চাওবী ইবেম্মা,
ননাইগী 'নাই ননাইনি
ঐগী ইরাল ঙাকপিয়ু। (খুরুম্মী)

শজীক্লোয় — হুকউ, ইতা হুকউনে!
নশাবিনা থৌরাংনা
ঙাইরিবসে উদ্রবা। (ঙাঙনা ঙাঙনা চিংথৎপি)

থবামানবী— নূরা মচা ইবেম্মা,
থাঙ্‌থক্কী ননাইনি
সনা পূক্লিং তৌবিনু।
পূকচেল শেংনা ননাইনা
কচ্চরিবা লৈরাংসে (মখুত্তা লৈ পম্লেং পীরগা)
হুকপিয়ুবা ইবেম্মা
নশাবিগী ঙকৃশমৃদা।
ঐগী পুন্সি অসী'মা
ননাই ওইহনবিয়ুনে!

থাগোই— থবা।

থবামানবী— নোংম তাকপিখিবদায়—
"নূরা নওগী অনীংবা,
অনীংবনি ঐহাক্কী।
নওনা পাম্বা অহুমক
অপাম্বনি ঐহাক্কী।"
ঐনা পামজরিবদি
অসীনিনে ইবুংঙো—

(হায়রগা শজীক্লোয়গী লৈপরেং পায়রিবা মথুৎ অনী পায়দুনা থাংসংলক্লে হৈদিংবী শজীক্লা লৈপরেং অমা থংথহোৎনা যপাম্বোমদা মান্দুনা থমহৌরে—থবানা মথুৎ শোয়গা থাগোইগী মণ্ডক্তা শজীক্লা লৈ-হুকথয়ে থাকহৌরিবা লৈপরেং অতু শজীক্লা থবাগী মথুক্তা পায়হল্লগা থাগোইগী মণ্ডক্তা হুকহনে—অনীমক থুক্নয়ে)

থাগোই— শজীক, থবা।

(হায়তুনা শজীকপু য়েংতা থবাবু মাগী ওয়দা চিংশিনবিয়ে—মানা ময়ায়দা লেপ্লগা মণ্ডক্তগী লেপরেং অনীমু অমনা শজীক্তা অমনা থবাদা হুকপিত্না অহম্মক নোকমি নোকমি তৌনা লৈনরি—কাদাম্বা লাকই—মীয়াম থুকুয়ৈ)

কদাম্বা— ময়াম পূম্বা তাবিসি—
ঐগী ইমোম কোম্বীরৈ,
শক্তা-চুদা শাবান্দা
শজীক-থবা 'নীদগী
করি'মতা তাদ্রবী
চণ্ডখোল্লবী মহাক্নি।
অতৈ নত্তে মহাকসে
নিংথৌ ঐনা তশেংনা
পোকচরবী ইমোম্নি।
পোইরৈ সনা লৈপাকপু
থাইবোক তানা থায়রগা
অরাং থংবা তংথায়সে
উল্লবনি—মণ্ডোম্দা। (কোম্বীরৈদ

ইপায় ইমোম লাউনেহে

( লৈ পরেং অমা পীরগা )

চৎলু, লৈরাং পরেংসে
নশাবিদা হূক্রগা
সনা লৈপাক তংখায়গী
য়ায়েল খুর্জী পায়জরো।

( হায়জনা কোখীরৈবু চিংশিল্লুনা তরংলেনগী মগুক্তা লৈ পরেং হূক-হন্নে—অনীমক নিংথৌব খুরুম্মী—মীয়াম পুম্নমক নুংঙাইবা ঊপাক্তা তাউনরে )

তপ্পা তপ্পা ফিজৎ হাইজিনথে,।



লোইরবা

